তাঞ্জা য়েংনা মখোংশোম,
চাওখৎনবা য়োকপিয়ু।
খুযাখাগী নদাইবেম
পাইমা শিলৈবোম্বনা
"লোনগী ৱায়েল" কৌববু
লৈবাং পমেং শানদ্রুম
খুযাখাদা বৎচবি।
শিন্দমলকপা ননাইনা
লৈমৈ লৈকোক ওন্নবা,
থমভম হাপফম চুমদবা,
লৈবাং পবেং লাংবদি
মতিকমপা চাফাক্তে।
চংজনবা কনবিবা
তুজরবা যোকপিবা
উনবি পুকচেল ৱাংথোবা
নগুণতনা ঙাবপিয়ু।

খুযাখাগী
শ্রীযুমজাউসিংহ।

# লোনগী ৱায়েল।

## পন্দুপ অহানবা।

তাইবং মীনা মপুকনা নিংবা ফোংদোকন্‌বা খোনফমবু লোন কৌই। লোন ইনবা অশঙ্বা খুদম অমমমবু ময়েক কৌই। মীতৈয়োন অসি হৌজিক্তি বাঙ্গালা ময়েকনা ইনয়ে। মীতৈয়োন্দা চংনরিবা ময়েক্তি ঃ—

স্বর।

অ  আ  ই  ঈ  উ  ঊ
ঋ  এ  ঐ  ও  ঔ।

ব্যঞ্জন।

ক  খ  গ  ঘ  ঙ
চ  ছ  জ  ঝ  ঞ
( ট  ঠ  ড  ঢ  ণ )
ত  থ  দ  ধ  ন
প  ফ  ব  ভ  ম
য়  ( য )  র  ল  ৱ
শ  ষ  স  হ  ং  ঃ।

অ দগী ঔ ফাওবা ময়েক তরামাথোইবু স্বর অমসুং ক দগী হ ফাওবা ময়েকপুনা ব্যঞ্জন কৌই। ব্যঞ্জনগী মনুংদা ব্রেকেটনা খনজিন্দুনা ইরিবা ময়েকশিং অসিদি মীতৈয়োন ইবদা চৎনদে, অতোপ্পা লোন অমা ইবা মতমদা লোল অদুগী বানানগী মতুং ইন্দুনা মাখোই অসি শীজিন্নে। অ, ই, উ বু অতেনবা স্বর অমসুং আ, ঈ, ঊ বু অশাংবা স্বব কৌই। স্বর অমসুং ব্যঞ্জনগী ময়েক পুমনমকপু মপী কৌই। ব্যঞ্জন ময়েক্তা তপনবা য়ান্নবা স্বরগী মশক ওন্থোকপা মওংবু তৈপ কৌই। মাদুদিঃ— া, ি, ী, ু, ূ, ৃ, ে, ৈ, ো, ৌ,। ং অমসুং ঃ দি অতোপ্পা ময়েক্তা চমনবা হাঙ্গৈদুনা ব্যঞ্জনগী মশক ওন্থোকপদনি।

## থাইনদি মীতৈ ময়েকনা মীতৈবোন ইনরম্মী।

ব্যঞ্জন ময়েক্কী মনুংদা ক দগী ম ফাওবা অসি বর্গ অদুনত্রগা কাংলুপকী ময়েক কৌই। ক দগী ঙ ফাওবা ময়েক মঙাবু ক গী কাংলুপ, চ দগী ঞ ফাওবা ময়েক মঙাবু চ গী কাংলুপ, ( ট দগী ণ ফাওবা মঙাবু ট গী কাংলুপ, ) ত দগী ন ফাওবা মঙাবু ত গী কাংলুপ অমসুং প দগী ম ফাওবা মঙাবু প গী কাংলুপ কৌই। মরম অদুনা কাংলুপকী অহানবা ময়েক হাঙ্গৈরবদি ক, চ, ট, ত, প, অনিশুবা হাঙ্গৈরগা খ, ছ, ঠ, থ, ফ, অহুমশুবা হাঙ্গৈরগা গ, জ, ড, দ, ব, মরিশুবা হাঙ্গৈবগা ঘ, ঝ, ঢ, ধ, ভ, মঙাশুবা হাঙ্গৈবগা ঙ, ঞ, ণ, ন, ম, থংগনি। মৈতৈরোন পাবা মতমদা স্বব জাৎ অমতদা খোনফম খেন্নে অমসুং খেন্নবা অসিগী মতুংইন্না খর্ব্বোন ( বানান ) অমতদসু অর্থ খেন্নে। মাণ্ডদি—লা=ফো ফোনবা, লা=লফুমনা। স্বরগী খেন্নবা অসি অনেম অন্নাংদনি। মরম অসিনা হ্রসনা অন্নাংবদা দীর্ঘনা অনেম্বদা শীজিন্নগনি। অওইবমক্তি লোল অসিগী খোন-ফমথাঙ্গৈশেংবা ফোংদোককে হাঙ্গৈরবদি ময়েক অমতদা ন্নাংখৎনা হাঙ্গৈবা

অমা নমথনা হাঙ্গৈবা অমা অনিথোকনা চংকদবনি। মাহুদি—
লমজাউ ময়াগী লমজাওদা লাকপা লাকপা উবরা? হি মখৈ তুয়েন
অথেনবদা থেন্দুনা লৈরে। কৈদা কৈ লৈশিন্দুনা লৈব্রা উবরা?

# পন্দুপ অনিশুবা।

## পানবা পথাপ।

লোন অসি পাবদা ময়েক কবম্বনা অচম্বনো করম্বনা চমদবনো হাঙ্গৈবা অর্থ খংদ্রবদি য়ামনা লুই। মরম অদুনা মখাগী পথাপ খরা অসি মুন্না ফাহুনা থম্বনা চুমই:—

বিভক্তি অমস্তুং স্বরনা লোমদবা ব্রাহৈগী মখৈদি কাংলুপকী অহানবা নত্রগা মঙাশুবা * ময়েকনা লোম্বনা নমই, অমস্তুং মাখোই অসি অচম্বা ঙাক্তনি। মাহুদি:—ঙান্থক, লাইরিক, মনম, ইপল অসিনচিংবা।

মথক্কী পথাপ অসিদগী খংগনি বিভক্তিগী মথক্তা লৈবা কাংলুপকী অহানবা অমস্তুং মঙাশুবা ময়েকতি অচম্বা ঙাক্তনি। মাহুদি:—অমমমগী, চমগনি, মফম অসিদা গী অমস্তুং গনি হাঙ্গৈবা বিভক্তিশিং অসিগী মথক্তা লৈবা কাংলুপকী মঙাশুবা ময়েক ম অসি অচম্বনি।

* মেতৈ লোন্দদি লনিনগী গেম্ফম খোকপদনি মবম অদুন্না মঙাশুবা ময়েক হাঙ্গৈবা লস্থ য়াওরে। মাসিগী খুদম অমদি নু (নী) হোংবা হাঙ্গৈবদা লুহোংবা খোকখি।

ৱাহৈ তাংফমগী হাঙ্গৈবদি ৱাহৈ অমগী মনুংদা অমুক্তদা হাঙ্গৈ-দোকপা য়াবা শরুক্কী অরোইবা ময়েক্তি অহৌবা ময়েকা চুমশিন্নরা পাগনি। মাত্থদি ঃ— অরোইবা ময়েক, মফম অসিদা অরোইবা হাঙ্গৈবা ৱাহৈ অসিদা অ-রোই-বা ৱাহৈ তাংফম অহুম অসি লৈ। মরম অসিনা রোই হাঙ্গৈবা ৱাহৈ তাংফমগী অরোইবা ময়েক ই অসি অহৌবা রো গা চমশিন্ননা পাগনি।

আকার, উকার অমসুং ওকারনা চৈতপ ওইবা ব্যঞ্জন ময়েক্কী মখাদা লাকপা ই দি অচম্বা ওইনা পাগনি। মাত্থদি চাক চাই, ঙাইরে, কুইনা কোঙ্গৈগমু অসিনচিংবা।

তিন্নবা ৱাহৈদদি চমনদে। মাত্থদি ঃ-- নাদা ইন্নবা হাঙ্গৈবদা নাইল থোকই, মফম অসিদদি নাগা, ইগা চমনদে।

তিন্নবা ৱাহৈদা ( Compound word ) মথক্কী ৱাহৈগী অরোইবা ময়েক অত্থ মহৌশানা অচম্বা ময়েক ওইরবদি হাঙ্গৈবদি মথক্কী পথাপশিংগী মতুংইন্না অচম্বা ওইরবদি ৱাহৈ তিন্নরগমু অচম্বা ওইনা পাগনি। মাত্থদি —হিদাকফু, মফম অসিদা হিদাক অমসুং ফু হাঙ্গৈবা ৱাহৈ অনি অসি তিন্নরগা হিদাকফু থোকই, মথক্কী পথাপকী মতুং ইন্না হিদাক্কী ক অসি অচম্বনি মরম অসিনা ৱাহৈ তিন্নরগমু ক অসি অচম্বা ওইনা পাগনি।

পানবা, পানবা অসিগুম্বা মফমদা খর্বোন ( বানান ) অমতনা ইনৈ, অত্থম ওইনমক খুদম অসিদা ন অমদি চমই অমদি চমদে মরমদি অচম্বনা পান ধাতুদগী থোকপনি অমনা পা ধাতুদা অমগা অমগা হাঙ্গৈবগী অর্থদা লাকপননি।

অতোপ অতোপ্পা অর্থদা ধাতুদা লাকপা ময়েক্তি ধাতুগা পংনা চমনদে মরম অসিনা অবাকপা ন অসি চমদবনি। অসিগুম্বা চিংনবা মফমদদি মতাং অত্থুগী অর্থ খংলগা অচম্বনি চমদবনি হাঙৈবা লেপনগনি।

স্বরগী খোনফমনা কদাইদা পুত্থনা পাগদগে হাঙৈবা মখাগী অর্থগা লোঙৈননা তাকলিবা ন্নাহৈশিং অসি পাসগা খরগী মখৈদি খংবা য়াই ঃ—

য়েংগদবা—ন্নাহৈতাংফম (syllable) অমদগী হেনবা ন্নাহৈ ওইরবদি স্বরগী অনেম অরাং অসি অরোম্বদগী থিগৎলকপনা অনিশুবা ন্নাহৈ তাংফমদা ওইগনি অত্থুগা মাসি কবি করিগুম্বা মতমদস্থু কাঙৈবা য়াওই। মাত্থদি—নোংমৈ (কাপননবা), নোংমৈ [ওল্লকপা চহি] অসিনচিংবা।

অকনবা—পাঙ্গল য়ামনা লৈবা,
অশোম—মাইগৈ অসি,
অহৈবা—শৌদোকহল্লগা,
উফমদা হাপ্পুনা শাবা,
কম্বা—থাংনা তুপ্পা.
কাঙৈবা—মপূমদগী মচেৎ তাবা,

অকনবা—ঙাকপিবা।
অশোম—মাইগৈ অময়োম।
অহৈবা—অখংবা।

কম্বা—মহাও মনম মাংলবা।
কাইব—(১) য়ামদবা লৌথোকপা. (২) থাদবা (ভসি ঐবুদি কাইবিযু) অওম্বা লৌথোকপা, (নাই কাইবা)।

কাওবা—খোংপাকনা ইস্থোকপা,
কাবা—অওম্বা চৎখৎপা,
কৈ—ফৌ থমনবা যুম,
কোঙৈবা—থৌনাইদনা চৎপা,
কোনবা—খোঙৈবা,

কাউবা—পুকনিংদা লৈত্রবা।
কাবা—হেঞ্জিন্না মুনবা।
কৈ—শাহিংচাবা শা মখল অমা।
কোইবা—থাপ্পোকথিবা।
কোনবা—(১) মমৈওইবা, (২) কোঙৈশিনবা।

কৌবা—(১) ব্লাংপা (যেঙ্গাং কৌবা), (২) চোনবা ব্লাংপা (ফুরিৎ কৌবা) (৩) চিঙ্থিবা (মচিন কৌবা),

কৌবা—[১] লাও হাঙ্গবা, (২) মমিংপনবা, (৩) উনবগা খংনচান্নবগী খুদম ওইনা ব্লা ঙাংনবা।

খংবা—পুকনিংদা হানবা,

খংবা—খংহৌদনা অকিবনা হকচাং নিকপা।

খনবা—(১) অপাম্বা য়েংহুনা লৌবা, (২) ব্লাখল তৌবা, (৩) অনিগী মরক্তা অমা লৈবা (ফকলাংনা খল্লে),

খনবা (১) অচৌবদা নপচবা, (২) মথক কুপ্পা, (৩) লুমশিনবা।

খাঙ্গবা—(১) অককপা মশীং অমা ফানবা খবাখবা লৌখৎপা, (২) মযুংইন্নাকবপা।

খাইবা—মপূমদা খরা লৌথোকপা,

ঙনবা—চাউথোকপা (ব্লাহৈ ঙনবা),

ঙনবা থেংদবা।

ঙম্বা—চপযুংবা,

ঙম্বা—তৌনবা পাঙ্গল লৈবা।

চা- মোহৎ নমনবা তীল ময়ম অমদগী থোকপা।

চা—থকননবা।

চাঙ্গবা—(১) থৈদোকপা (২) হন্থরকপা (মুমিৎ চাঙ্গবা).

চাইবা—(১) মহিল্লাংবা পোৎ খিকপা, (২ থুনাম্বা (ব্লাই চাইবা)।

চাবা—শাঙ্গহুনা যোৎপা,

চাব—[১] অকুং অগল মান্নদবা, [২] থৌনাইদনা মশক উৎপা।

চারগে—(ঐবু) হুজিকমক চাহল্লো হাঙ্গজবা,

চাবগে— লাক্কুনা চায়গে।

চূবা—(১) হৈনববা, (২) মৈথাবা।

চুবা—(১) নোং তাবা, (২) অতোপ্পা মচু অমা পকপা।

চুম্বা—মপুং মরা ফাবা।

চুম্বা—( ১ ) লান্দবা, [ ২ ] মহি লাংবা পোৎ খজিক খজিক য়বা [ উতি চুম্বা ], ( ৩ ) মহাও মরম অমা।

তান্নবা—ৱা খন্নবা,

তান্নবা—( ১ ) অথোই অহেল য়েংনবা, ( ২ ) ফংগে হাঙ্গিদুনা মতুং ইন্নবা।

তাবা—পাউনচিংবা,

তাবা—মথক্তগী মখাদা।

তাংবা—( ১ ) মমল য়াম্বা, ( ২ ) মচু অতোপ্পা অমদা অঙোবা খজিক্তং য়াওবা, ( ৩ ) শম হৌদবা ( কোক )।

তাংবা—মীগী মপোৎ ৱাঙ্গিদুনা শীজিন্নবা।

তুবা—য়েত্তুমনা ফোৎপা,

তুবা—খুবম নাম্তোক্তুনা লৈবাক্তা তাবা।

তুম্বা—( ১ ) পুকনিং অমম্তুং হকচাংগী মনিংতমনা লেং-ওৎপা, লেপ্তুনা পোথাবা, ( ২ ) পূম্বা,

তুম্বা—( ১ ) মতোল হুইথবা ( ২ ) মাংখিবা।

তৈবা—পানা থোম্বা,

তৈবা—শেরান্নবা।

তৌবা—লৈবাকহনবা,

তৌবা—থবক পাঙ্গবা।

থাবা—(১) মৈ চাকহনবা, ( ২ ) শাংহনবা, ( লং থাবা ) (৩) মরাক্তা ময়ুংগা নত্তবদা খরা পাকপা, ( ৪ ) শীবা [ পাউ অসি তমনবা মী অমা থাখো ] ( ৫ ) তান্নরমদাইদা খর হেহ্লনবা, ( ৬ ) তান্নবা

থাবা—( ১ ) মশিং চনবা, (২) হৌননবা হাঙ্গিদুনা লৈবাক্তা নমশিনবা, ( ৩ ) ধোবিদা ফি পীবা, (৪) চামথোকপা, [ ষষ্টি, উতি থাবা ], ( ৫ ) খুদম হাপ্পা, ( ৬ ) কোকথোং লৌ-থবা, ( ৭ ) পকহনবা [ চনাং

হৌহনবা [ লমথাবা ], ( ৭ ) নোংমৈ কাপ্পা, ( ৮ ) য়োনবা [ ক্না থাবা ],

থাবা, হিদাক থাবা ], ( ৮ ) লাইদা কংপা [ অপোক্ক অশাং থাবা ], ( ৯ ) ফিং-থোকপা [ ফক থাবা ], (১০) পালহনবা [ তেংপাক্না ], ( ১১ ) ককপা [ উশাথাবা ], ( ১২ ) অনেম্বদা তাহনবা, ( ১৩ ) ঙম্বা [ মুকনা থাবা ], ( ১৪ ) পীবা [ বয়না থাবা ], ( ১৫ ) শীংনবা [ শগোল তানবা শেল থাবা ] ( ১৬ ) মথক্কুগী মখাপোনবদা পীরকপা [ চাই থাবা ]।

থীবা—(১) মশীং কযানো যেংবা, ( ২ ) ফজদবা।

থিবা—কদাইদা লৈবগে যেংবা।

থৌবা ( ১ ) থুনা চংহনবা, ( গাড়ী থৌবা ) ( ২ ) পীবো হাঙ্গবা ( শেল থৌবা ),

থৌবা—( ১ ) পোংচৈ লাঙ্গনা ককপা য়াবা ( খুংলাই ), ( ২ ) অকিঅখং লৈতবা।

থেংবা—মতম হেনখিবা,

থেংবা—কননা ঙাবা।

থেনবা—লুদবা,

থেনবা—মযাম তিন্নবা।

থো৲ চংথোক চংশিন যানবা,

থোং —তুয়েন্নচিংবা লান্ননবা।

নম্বা—( ১ ) ঙম্বগী পংতৌতৌবা, (২) থাজহন্দুনা লৌথোকপা, ( ৩ ) লুমথহনবা।

নম্বা—( ১ ) মনম নম্বা, ( ২ ) ওইহন্নিংবা মহাউ চপচাবা ( ঙানম থুমনম্বা ),

নানবা—মোত্তবা, ( ১ ) নপ্তবা, ঙপ্তবা,

নানবা—মুংশিবগা লোইননা খুৎনচিংবনা তপনা তপনা তকপা

নোঙ্গবা—মশা চাউবা।

নোইবা (১) হৎচাং খনবা, (২) মী ওৎপা।

নোংমৈ—বাপনবা খুৎলাই মরম অমা,

নোংমৈ—ওল্লকপা চহি।

পংবা—লৌশিং লৈতবা,

পংবা—মতোন তুমদবা।

পনবা—ফাইবা ( মাগুদা নোংমা পনগনি ),

পনবা—( ১ ) খাংবা, (২) অমদা লৌশিনবা, ( ৩ ) হাঙ্গবা, ফানবা ( মমি পনবা )।

পাঙ্গবা—খুৎনা পাঙ্গশিন্দুনা থম্বা,

পাইবা—( ১ ) মুংশিংতা তাউবা, (২) ওক্কবা।

মী—তাইবং,

মি—( ১ ) মকুম [ উগী মকুম ], [ ২ ] মনিননা পোম্বা, [ ৩ ] তীল মবম অমা।

মোনবা —[১] তম্না, ( ২ ) পাংদবা,

মোনবা—অহেনবা ককথৎপা।

য়োনবা—লংজবা,

যোনবা—লৈনবা থম্বা।

লা—লফুনচিংবগী মনা,

লা—থুম্মুক অপাকপা মবম অমা।

লাওবা—পাকনা হোবা.

লাউবা খোঞ্জেন রাংনা লাউবা।

লাকপা—( ১ ) থুনা মুনবা, [ ২ ] খাজনা থৌবগী ফম অমা, ( ৩ ) মহি লাংবা পোৎ অমদা চামথোকপা [ হৈ লাকপা ],

লাকপা—মখোং থাংলকপা।

লূবা—[ নানবা ] মোক্তবা,

লুবা—( ১ ) খংবদা রাবা, ( ২ ) যামনা কুৎপা।

লৈবা—( ১ ) মমল পীতুনা লোবা ২ ) ওনবা [ পৃথিবী অসি মাগী খুংজৈদা লৈরি,

লৈবা—রাত্তবা।

লোনবা—(১) লংনা মযেক অমা থোকনবা তূবা, (২) ঙাংবা [Synonyms] যেংউ।

লোনবা—অমদগী হেলহনবা

লৌবা—মপু ওইবা।

লৌবা—(১) পনবা, ২) মৈদা ফুমহুনা মুনহনবা।

ৱাঙ্গবা—অমুক হঙ্জিংগে হাঙ্গহুনা মতম খবগীদমক লৌবা।

ৱাইবা—কননা থেংবা [ ষণনা ৱাইবা ]।

ৱানবা—চেংনচিংবা লৈবা।

ৱানবা—খনচাবা [ চরা ৱানবা ]।

শংবা—(১) মচু অমা পকহনবা, ২) শেন্দুনা লৈবা, (৩) যোং মখৌ শ বা।

শ বা—(১) মচু মখল অমা, (২) মখৌ লৈতবা।

শম—কোক্কী তু।

শম—হাওনা পুবা থুম্মোক মখল অমা।

শম্বা—লম্বীনচিংবা তেলহনবা।

শম্বা—(১) লংনচিংবা অতেনবা শাংদোকহনবা, (২) ঙমদবা মীবু লমজিংবিবা।

শীবা—(১) থাবা (চংহনবা), (২) মবোন অমা কুপ্পা।

শিবা—(১) সংসারদা লৈত্রবা, (২) কুপনা মযুংইন্না খাঙ্গবা, ৩) শেৎপা থুজিংশিবা।

শূবা—(১) থবক তৌবা, (২) নম্বা পুকশূবা, (৩) ঙৌনবা ঈশিংদা চামথোকপা।

শুবা—মশীং ৱাত্তবা।

শোঙ্গবা—লানবা।

শোইবা—কুপনা শোইবা (ককপা)।

হাঙ্গবা—ৱা ঙাংবা।

হাইবা—শুনদা লেংবা।

হাবা—মচি লাংবা পোং চাবদা পনবা।

হাবা—(১) তপ্পুবা, (২) অথৈবা মীগী মনাক্তা চত্তুনা য়োনবা।

হৌবা —( ১ ) তুম্বদগী কাঙ্গবা. ( ২ ) উপাল রাপাল লৈবাক্তগী হৌবা চোংখৎলকপা, ( ৩ ) লম-জেন চেনবা হৌগৎপা, ( ৪ ) মখোন থোকপা।

হোবা— ( ১ ) থোংবা ( তল হৌবা ). ( ২ ) থবক অনৌবা তৌখৎপা, ( ৩ ) চৎমিন্নসি তৌমিন্নসি হাঙ্গবা। অসিনচিংবা।

খোনফমস্তু খর্ব্বোনস্তু ( বানান ) মান্নবা অর্থদি খেন্নবা ( Homonyms ) –মথক্কী খুদমশিং অসিদস্তু খোনফমস্তু খর্ব্বোনস্তু মান্নরগা অর্থদি খেন্নবা ফনা য়াওখ্রে অদুম ওইনমক মখাগী খুদমশিং অসিস্তু খংলগা কান্নবা য়াই হাঙ্গনা নিংই ঃ—

ওনবা—( ১ ) মশক গোংবা, ( ২ ) অরুম অয়াং য়েংবা, ( ৩ ) মথক মখা হোংবা।

কিবা—( ১ ) থৌরানা পুনবা, ( ২ ) খুদোং থিগদৌরর হাঙ্গনা পুকনিংদা রাবা।

খাকপা—( ১ ) তেককনবা, ( ২ ) মখোল য়াকনা খোংবা ( নোং-খাকপা ), ( ৩ ) তুংদা শীঙ্কিন্নবগীদমক খাইদোক্লনা থম্বা।

খুৎ—( ১ ) হকচাংগী শরুক অমা, [ ২ ] মতেং পাংনবা কাংবু।

তাইবা—[ ১ ] কুচু ঈ থাংদবা, [ ২ ] য়োনবা, [ ৩ ] লৈবা ( চেং তাইবা, থুম তাইবা , ( ৪ ) ফোৎপা শমজিনহনবা।

তাকপা—[ ১ ] খংহনবা, ( ২ ) ময়াম তিল্লম্বদগী কাঙ্গখিবা, ( ৩ ) মাংখিবা [ উল তাকখ্রে ]।

তুপ্পা—( ১ ) অকনবা পোৎ য়ানা খজিক খজিক চিক্লনা চাবা, থুম তুপ্পা. ( ২ ) য়েনপাক ছাতিন খানবা, ( ৩ ) ককথৎপা।

থকপা—[ ১ ] মহি লাংবা পোৎ য়োৎপা, ( ২ ) খৎপা।

থৈবা—( ১ ) মহাও মরম অমা লৈবা, ( ২ ) লোৎপা, ( মপাম যণ থৈবা কৈনা চাই )।

ফৈ—( ১ ) অফবনি, ( ২ ) চফু খিন্নবা পয়া ইনা শাবা পোৎ অমা,

(৩) মবাক, রাহৈ অমগা তিন্নরগা মফৈ, কাংফৈ, ফৈনা অসিন-চিংবা, (৪) হকচাংগী কায়াৎ অমা ফৈবোম।

ফোংপা—ফি শেগাইবা তাইবা, (১) মেনবা।

মমৈ—শাঙাগী, লোইরমদাই।

লুপ্পা—(১) তাউদবা. (২) সনা তৈবা ভাবতি সনাগী মহিদা লুপ্পা হাঙ্গৈবনি।

লুম্বা—(১) অচিকপা যেংতুনা শংবা, (২) ঈশিংনচিংবা মহিলাংবা পোৎ শাহনবা।

শূম—(১) যুমগী চিথেক মবিগী যুম্বী মখোং, (২) উ রা চাবা তীল মখল অমা (৩) হকচাংগী শরুক অমা অসিনচিংবা।

## অর্থ মান্নবা।

অর্থ মান্নবা শীজিন্নফম মান্নদবা ( Synonyms )

যেংবা, উবা—অফফংতা মুংঙ ই মুংঙাইতবা রাখল তৌতুনা মিংকী থবক পাংবনা যেবনি, চুমনা মিংকী থবক পাংবনা উবনি। মাতুদিঃ—কুম্মৈ যেংবা, থরানমচাক মঙা উরে।

তাইবা, তূবা, ফোংপা—ফি মখাক অনি শমজিন্নববু তাইবা কৌই। ফি মওং অমা থোকনবা শাববু তূবা কৌই। শেগাইতুনা মাংপ্রদবদগী শেমগৎপবু ফোংপা কৌই। মাতুদিঃ—ঙৌবোং লাকযেন তাইবি, ফুরিৎ খোংউপ তূবি, ঐগী মোজা অতু ফোংলু।

হাঙ্গৈবা, ঙাংবা, লোনবা, কন্নিগুম্বা হিরম অমা পাংনবা লৈগী থবক পাংববু হাঙ্গৈবা কৌনৈ। মাতুদিঃ—ঐ রা অমতা হাঙ্গৈগে। চিন্দা লাকপগী মখৈ হাঙ্গৈদোকপবু ঙাংবা কৌই চৈবস্তু ঙাংবা হাঙ্গৈনৈ। মাতুদিঃ—অফফংতা থিদনা পংঙাংঙাংগন্নু, ঙবাং ঐনা মাবু য়ামনা ঙাংবিখ্রে।

তাহ্নিবা মী অতুনা ভাব তাদনা ঙাংবনা লোনবনি, জাৎ অমগী মরোল ঙাংবস্মু লোনবা কৌই। মাতুদি ঃ—মাহাক চোই-রোন লোন্দুনা লৈরে, চাউবা ইংরেজী নিংথিজনা লোনবা ঙমলে।

শোকপা, শমনবা—থেংনববু শোকপা, অমস্মুং মথং মথং শোকনববু শমনবা কৌই।

ন্নুংশিবা, নিংবা, চানবা—ন্নুংশিবদি পুমনমকতা হাঙৈনৈ. কাউদবা, লুনা তৌববু নিংবা কৌই; মথক থোংবনা মখা পোনববু ন্নুংশি-বনা চানবা কৌই।

হরাওবা, ন্নুংঙাইবা—পাইরক্তা পুকনিং পেনবনা হরাউবনি; অতুগা পুকনিংদা অন্নাবা লৈতবনা ন্নুংঙাইবনি।

পুরকপা, লৌরুবা—লাকপদা লৌরকপনা পুরকপনি, অতমননা চৎতুনা লৌরকপনা লৌরুবনি।

ন্নুংঙাইতবা, অনংবা, অন্নাবা—নিংবা থুংদবনা ন্নুংঙাইতবা, মহৌশাগী মীওইমীপান ফৎখিদবনা অন্নাবা অমস্মুং খাম্বা ঙমদবা মরমনা পুকনিং তপথহন্দববু অনংবা কৌই।

ন্নাঙৈবা, পূবা—মশক হোংদনা লৌরুরিবা পোৎ অতু অমুক হনখি-গদববু ন্নাঙৈবা কৌই; অতুগা লৌরুন্নিবা পোৎ অতু চৎথোকখ্রগা মাতুগুম্বা অমা কোননা অমুক পীগদববু পূবা কৌই। মাতুদি ঃ—ফি ন্নাঙৈবা, হি ন্নাঙৈবা, লুপা ফৌ পূবা হাঙৈনৈ।

কল্লকপা, খম্বনবা, মিহৌবা, মিতাবা—মীগী ফরগা থন্নাই ন্নুংঙাইতববু কল্লকপা, ঐনা লুনা তৌবা মীনা ঐবু নিংথিরোইদৌরে হাঙৈতুনা থন্নাই ন্নাবনা খম্বনবা, মীনা তৌরিবগী মতৌ তমনিংবনা মিহৌবা, মীনা চারিবমখৈ চানিংবনা মিতাবনি।

শাউবা, ন্নারৌবা, থরুম তৌবা, মলোম তৌবা- শাউবদি চুমনগী ন্নাহৈনি, ন্নারৌবনা শাউবদগী হেন্না থোৎপা ন্নাহৈনি, থরুম তৌবনা

মচিন্দদি হাঙ্গৈদোকত্ৰহ্নবা মমিং-মনা অমস্তুং শক্তানা শাউই হাঙ্গৈবা উৎপনি, মলোম তৌবনা অশাউবা অহু কুইনা কাউদনা কাল অমদা লমন খুমগে নিংবনি।

---

# পন্দুপ অহুমশুবা।

## ময়েক ওনবা।

মীতৈবোনগী ৱাহৈ তিন্নবা অসি মখল অনি শুই, মাহুদি ঃ—ৱাপা তিন্নবা অমস্তুং ৱাহৈ তিন্নবা। ৱাহৈ জাৎ অমতা তিন্নবা হাঙ্গৈবদি বিশেষ্যগা বিশেষ্যগা অমস্তং বিশেষণগা বিশেষণগা অসিনচিংবা তিন্নববু ৱাপা তিন্নবা কৌই; মাহুদি ঃ—ৱা মচেৎ ৱাচেৎ, মফম অসিদা ৱাস্তু বিশেষ্যনি মচেৎস্তু বিশেষ্যনি। মরম অসিনা মাদি ৱাপা তিন্নবনি। অহুগুমহ্নবা থাং মকোক থাঙ্কোক, অঙাংবা অমুবা অঙাংঅমু। অতোপ অতোপ্পা ৱাহৈ জাৎ অনি তিন্নববু ৱাহৈ তিন্নবা কৌই। মাহুদি ঃ পুং অচৌবা পুংজাও, মফম অসিদা পুংনা বিশেষ্যনি অচৌবনা বিশেষণনি, মরম অসিনা মাসি ৱাহৈ তিন্নবনি; অহুগুমহ্নবা লৈ অপাকপা লৈবাক অসিনচিংবা।

ৱাপা তিন্নবদদি ময়েক হোংদবনা নমই, মবম অহ্নবা মখাগী পথাপশিং অসিদা মচা খাঙ্গৈবা থারমদ্রবদি ৱাপা তিন্নবদদি ময়েক হোংলোই হাঙ্গৈনা নিনগনি।

স্বর ময়েক অহু নত্ৰগা কাংলুপকী অরোইবা ময়েকনা লোপ্পা ৱাহৈনা কাংলুপকী অহানবা ময়েকনা হোবা অহু নত্ৰগা অগী মখাদা কাংলুপকী অহানবা ময়েক লৈবা ৱাহৈগা তিন্নববদি মখাগী

ৱাহৈগী কাংলুপকী অহানবা ময়েক অদু কাংলুপ অদুগী অহুম-শুবা ময়েক ওইগনি। অমস্তুং "অ"না হৌবা ৱাহৈ ওইরবদি অ মাংই। অচৌবা হাঙবা ৱাহৈগী ঔকারগী মফমদা আও ওই। মাদুদি —চীং অচৌবা চীংজাও, ষণগী অপনবা যণবন। থাং অচৌবা থাংজৌ মফম অসিদদি ঔকারগী মহুত্তা আও ওইদে।

য়েংগদবা ঃ—লৈ অপাকপা হাঙবগী অর্থদা লৈবাক থোকই। মাসিগী অর্থনা দেশ হাঙবনি। অদুগা লৈ মপাক হাঙবগী অর্থদা লৈপাক থোকই. মাসিগী অর্থদি লম অদু নত্রগা তেংপাক হাঙ-বনি।

কাংলুপগী মঙাশুবা ময়েকনা খন্দবা আ, ই, উ গী মখাদা লাকপা কাংলুপকী অহানবা ময়েক্তি ৱাহৈ তিন্নবদস্তু অহুমশুবা ময়েক ইদে। মাদুদিঃ—ৱা অচৌবা ৱাচাও, ঈ (ঈশিং) অপাকপা ঈপাক ঈচাও, মীপিক, উ অচৌবা উচাও অসিনচিংবা।

কাংলুপকী মঙাশুবা ময়েক নভবগী মখাদা মতোল হাঙবা ৱাহৈ অসি লাকলবদি ত গী মফমদা দ ওই। মাদুদি—চু মতোলে চুদোল, চাং মতোল চাংদোল অসিনচিংবা। মঙাশুবা ময়েক্কী মখাদদি মৈ মতোল মৈতোল, নৌতোল, লুতোল অসিনচিংবা।

য়েংগদবা ঃ—মহৌশানা চৎনরকপা নত্রবদি ৱাহৈ তাংফম (syllable) মশীং মান্নবা ৱাহৈ অনি পংনা তিন্নবা য়াদে অমস্তুং তিন্নহনবা থোকলবদা মশীং মান্নবা হাঙদুনা ম মাংদবস্তু য়াওই। মাদুদি ঃ—কলম মচিন, মফম অসিদা কলমগী মচিন নত্রগা কলম-চিন হাঙদনা কলম মচিন, হাঙবা ৱাহৈ অসি ৱাহৈ তাংফম মান্নহনবদগীনি।

কাংলুপকী অনিশুবা ময়েক্কী মখাদা লাকপা কাংলুপকী অহানবা ময়েক্তি ৱাপা তিন্নবা, ৱাহৈ তিন্নবা অনিমক্তা কাংলুপকী অহুমশুবা ময়েক ওইগনি। মাতুদি ঃ—খোং মখুল খোঙ্গুল, খুৎ মপাক খুবাক, ফি অচৌবা ফিজাও, খোংজাও অসিনচিংবা।

শগী মখাদা লাকপা খদি স্বর অমসুং কাংলুপকী ময়েকনা খল্লবসু ৱাহৈ তিন্নবা ৱাপা তিন্নবা অনিমক্তা গ ওইগনি, কাংলুপকী অহানবা ময়েকনা খল্লবদি ক ওইগনি। মাতুদি ঃ—শেল (হাপননবা) খাউ শেঙ্গাও, ষণ মখোম ষঙ্গোম, শাগৎপা, মাদি হৌজিক্তা ফি শেৎকৎলি অসিনচিংবা।

শগী মখাদা লাকপা শদি কাংলুপকী ময়েকনা খল্লবসু চ নত্রগা জ ওইগনি। মাতুদি ঃ—শুমজিৎ (শূম শিৎনবা হাঙ্গৈবগী অর্থদা), শম শেৎনবা শমজেৎ, শেল শম্বম শেঞ্জম অসিনচিংবা।

শূম মথী হাঙ্গৈবগী অর্থদা শূমদী থোকই, অমসুং ষণ মথী হাঙ্গৈবগী অর্থদা ষন্থী (ষণদী) অনিমক ওই। ফি ষন্থী তানবা নত্রগা ষণদী তানবা হাঙ্গৈনে, শিন্থা, শেন্থাদদি থগী মফমদা দ ওইদে। শেল মতা শিন মতা হাঙ্গৈবদা শেন্দা শিন্দা হাঙ্গৈনে। *

আকাবনা চৈতপ ওইবা কাংলুপকী অহানবা ময়েক্কী মখাদা ইবুংঙো হাঙ্গৈবা ৱাহৈ লাবলবদি ৱাহৈ অনি অসি তিন্নবা মতমদা মথক্কী অহানবা ময়েক্কী মফমদা কাংলুপ অতুগী অহুমশুবা ময়েক ওই। মাতুদি ঃ—মচাইবুংঙো, মজাইবুংঙো, নজাইবুংঙো লাইবিক তম্বা চৎথি অসিনচিংবা।

আকাব অথোৎপনা চৈতপ ওইবা কাংলুপকী অহুমশুবা ময়েকনা লোম্বা ৱাহৈগী মখাদা অহন হাঙ্গৈবা ৱাহৈ লাকলবদি

মীতৈলোন্দাদ শ দি কাংলুপকী অনিশুবা ময়েক ওইনা চৎনে।

ৱাহৈ অনি অসি তিন্নবা মতমদা কাংলুপকী অহুমশুবা ময়েক্কী মফমদা কাংলুপ অহুগী মরিশুবা ময়েক ওই ; অমস্তুং অহ মাংই। মাত্থদি :—তাদা অহন তাধন, চাউবা অহন চাউভন অসিনচিংবা।

ল না লোম্বা ৱাহৈনা ৱাহৈ অমগা নত্রগা ময়েক অমগা তিন্ন-ন্নবদি মথাগী পথাপকী মতুংইন্না লগী মফমদা ন ওইগনি। মাত্থদি :—( ১ ) কাংলুপকা ময়েক অমস্তুং ল, হ নত্তবা ময়েক্কী মথক্তা লৈরম্বা ল দি ন ওইগনি। মাত্থদি: ষণ থৌরী ষণথৌরী, ষণ শং ষণশং, পল ( য়েৌনা ) চেনবা পঞ্জেনবা অসিনচিংবা।

য়েংগদবা :—ওল্লকইবা ন অসি মথাদা লাকপা ময়েক্কী কাংলুপকী মঙাশুবা ময়েক ওই। মাত্থদি :—শেঞ্জেং, পম্পাক, ষণ মখোম ষঙ্গোম, খোম্ফম অসিনচিংবা।

( ২ ) ল, হ গী মথক্তদি ন ওইদে। মাত্থদি :—ষণ লাবা ষল্লাবা, তহ্লোবা অসিনচিংবা।

স্বরগী মথাদা লাকপা ল দি ন ওইগনি। মাত্থদি : -লাইগী লৈমা লাইরৈমা = লাইরেম্মা, ঙাগী লুক ঙারুক. ফৌ ( ফৌনবা ) লা ফৌরা অসিনচিংবা।

আকার অথোৎপনা লোম্বা ৱাহৈনা ৱাহৈ অমগা নত্রগা, ময়েক অমগা তিন্নবা মতমদা আকারগী মফমদা অকার ওই। মাত্থদি : -ঙাইরমলিবা নি ঙাইরমলিবনি, তোম্বগী উপুনি অসিনচিংবা।

আকার অকনবদি মাংদে। মাত্থদি :—ওজাগী, খুড়াগী, পিবা-দগী অসিনচিংবা।

ক্রিয়া বিশেষণগা বিশেষণগা তিন্ননা হাঙ্গৈজিন্নবা মতমদা ক্রিয়া বিশেষণগী মমৈদা তাবা ন অহু মাংই। মাত্থদি :—চুমদ্রিং চুম্বা লৈই অসিনচিংবা।

কাংলুপকী মঙাশুবা ময়েকনা লোম্বা ৱাহৈগী মথাদা ইনচিংবা স্বর ময়েক লাকলবদি কাংলুপকী মঙাশুবা ময়েক অদু অনি থোল্লবস্রু থোল্লি। মাদুদি ঃ --তুম-ই, তুম্মি অসিনচিংবা।

অয়াকপা " শ দি " মথাগী পথাপকী মতুংইন্না চ ( জ ) ওইগনি ঃ---

কাংলুপকী অনিশুবা ময়েক ( শ স্রু য়াওবে ) অমস্রুং হ গী মথাদা লাকপা শ চ ওইগনি, কাংলুপকী ময়েকনা থল্লবস্রু পথাপ অসি কাঈদে। মাদুদি ঃ—হন শিনবা হজিনবা, ফমজিনবা, হেঞ্জিনবা অসিনচি বা।

কাংলুপকী অনিশুবা অমস্রুং হ গী মথাদা লাকপা কাংলুপকী অনিশুবা ময়েক্তি স্বর অমস্রুং কাংলুপকী ময়েকনা থল্লবস্রু অহুম-শুবা ওইগনি।* মাদুদি ঃ-- হাগৎপা, থোইগা লিনথা থাবা, হাঈজিনবা, থাঙ্গৎপা অসিনচিংবা।

ধাতুদা লাকপা স্বরদি মথাগী পথাপকী মতুংইন্না ময়েক পোকথোকই, ক প গী কাংলুপকী মথাদদি মথক্কী পথাপ্তা হাঈখিবা মঙাশুবা ময়েক্কী ৱা নত্তনা ময়েক পোকথোক্কে।

লকায় অমস্রুং ত বর্গগী মথাদা ওইরবদি স্বরগী মথক্তা ল লাকই। মাদুদি ঃ—চৎলুগে, চাল্লি অসিনচিংবা।

স্বর ময়েক্কী মথাদা ওইরবদি র লাকই। মাদুদি ঃ কাওরুগে, হাঈরিগনি অসিনচিংবা।

স্বর অমস্রুং কাংলুপকী মঙাশুবা ময়েকনা লোম্বা ৱাহৈগী মথাদা লাকপা কাংলুপকী অহানবা ময়েক অহুমশুবা ওইগনি।

---

* যাদগা, হাঈগবা, শকপ্পবা অসিনচিংবা।

য়েংগদবা ঃ মখাগী "নাপু" নচিংবগী ময়েক লাকপা মতমদা মথক্কী পথাপশিংগী মতুংইন্না ময়েক ওনবা য়াই হাঙ্গৈবা খংগনি হাঙ্গৈবদি পু গী মফমদা বু কী গী মফমদা পথাপকী মতুংইন্না গী ওইবা য়াই অসিনচিংবা।

রাহৈ অনি তিন্নবা মতমদা মথক্কী রাহৈনা রাহৈ তাংফম (Syllable) অমদগী হেল্লবদি মথক্কী রাহৈদা পকলম্বা না-পু অহু মাংই অমস্রুং মমাংগী রাহৈগী মথক্তা পকপা সর্ব্বনামদি মাদে। মাহুদি ঃ—কলমমচিন, খুকউমথক, হিদাকপু মখোং অসিনচিংবা।

# পন্দুপ মরিশুবা।

ব্যাকবণদা চৎনবা রাহৈগী মশক মমিং খংনবা।

অর্থ লৈবা খোম্ফমবু রাহৈ (Word) কৌই; রাথল অমা মপুংফানা হাঙ্গৈদোকপা রাহৈশিংবু রা কৌই। মাহুদি ঃ—

মী হাঙ্গৈবা অসি রাহৈ অমনি অহুগা মী লাক্কনি হাঙ্গৈববদি রা অমা ওইরে।

রাহৈ পুমনমক অসি মথল তরুক থোকনা গাই। মাহুদি ঃ- - বিশেষ্য (Noun), বিশেষণ (Adjective), সর্ব্বনাম (Pronoun), ক্রিয়া বিশেষণ (Adverb) অমস্রুং অব্যয় (Conjunction and Interjection).

কবিগুম্বা অমগী মমিংবু বিশেষ্য (Noun) কৌই। মাহুদি ঃ— শগোল, ঈশিং, শঙ্গু, শাম, মপাক অসিনচিংবা।

বিশেষ্যগী মগুণ ফোংদোকপা ৱাহৈবু বিশেষণ ( Adjective ) কৌই। মাতুদি ঃ—মুক অঙাংবা, কলম অতেকপা, মফম অসিদা অঙাংবা হাঙৈবা ৱাহৈ অসিনা মুক্কী মগুণ ফোংদোকই হাঙৈবদি করম্বা মুকনো হাঙৈবা খংহল্লি ; অদুগুমদুনা অতেকপা হাঙৈবা অসিনা করম্বা কলমনো হাঙৈবা খংহল্লি ; মরম অসিনা মাখোই অসি বিশেষণনি।

বিশেষ্যগী মহুত্তা শীজিন্নবা ৱাহৈবু সর্ব্বনাম কৌই। মাতুদি ঃ—ৱাম কলিকতাদা চৎখি, মানা থোরকপদা ঐগীদমক ৱেবষ্টার ডিক্সনারি অমা লৈরক্কনি। মফম অসিদা মানা হাঙৈবা ৱাহৈ অসি ৱামগী মহুত্তা শীজিন্নরি ; মরম অদুনা মাসি সর্ব্বনামনি।

লেংবা, চৎপনচিংবা করিগুম্বা অমা তৌবা খংহনবা ৱাহৈবু ক্রিয়া কৌই। মাতুদি ঃ—চৎলে, তুমই, চাক চারি অসিনচিংবা।

বিশেষণ অদু নত্রগা ক্রিয়াগী মগুণ ফোংদোকপা ৱাহৈবু ক্রিয়া বিশেষণ কৌই। মাতুদি ঃ—কননা চৎলু, মফম অসিদা কননা হাঙৈবা ৱাহৈ অসিনা চৎলু হাঙৈবা ক্রিয়া অসিগী মগুণ ফোংদোকই হাঙৈবদি করমনা চৎলুগে হাঙৈবদা কননা চৎলু হাঙৈবা খংহল্লি, মরম অসিনা কননা হাঙৈবা অসি ক্রিয়াবিশেষণনি, অদুগুমনা য়ামনা চাউবা উপু, মফম অসিদা য়ামনা হাঙৈবা ৱাহৈ অসি চাউবা হাঙৈবা বিষেশণ অসিগী মগুণ ফোংদোকই।

না-পুনচিংবা ৱাহৈগী মথাদা হাপ্পা য়াবা পুমনমক অদু অমতসু হাপ্তুনা শেম-শাবা য়াদবা মহৌশাগী ৱাহৈ অদুগী অদু ওইদুনা মরৈবা ৱাহৈবু অব্যয় কৌই। মাতুদি ঃ—সু, অমসুং, বু, গা অসিনচিংবা, ঐগুম্বনবু মাসি তৌগদ্রা ?

## পন্দুপ মঙাশুবা।

### বিশেষ্যগী থোইদোকপা ৱারম।

(Gender)

বিশেষ্যগী লিঙ্গ (Gender), মশীং (Number), না-পু (বিভক্তি Case Ending), মী (পুরুষ Person), কারক (Case) পুমনমক অসি লৈ।

লিঙ্গ (Gender)

সংসারদা লৈরিবা পোৎ পুমনমক অসি নুপা খংহনবা, নুপী খংহনবা অমসুং নুপাসু নুপীসু খংহন্দবা মখল অহুম অসি থোকনা খাঙবা যাই। নুপা, নুপী অমসুং নুপাসু নুপীসু খংহন্দবা খাঙবা অসিবু ব্যাকরণদা লিঙ্গ (Gender) কৌই।

নুপা খংহনবা ৱাহৈবু ব্যাকরণদা পুংলিঙ্গ (Masculine Gender) কৌই, নুপী খংহনববু স্ত্রীলিঙ্গ (Faminine Gender) কৌই, নুপীসু নুপাসু খংহন্দববু নপুংসক (Neuter Gender) কৌই। নুপাসু নুপীসু খংবা য়াবা ৱাহৈবু হাঙবদি মমিং অতমা হাঙরগা পুংলিঙ্গগী কাংবুসু স্ত্রীলিঙ্গগী কাংবুসু ইথং খংবা য়াবা ৱাহৈ খরলৈরি মাখোই অহুবু কমন জেণ্ডার (Common Gender) কৌই।

থাঙ্গনা লাইগী মবোল সংস্কৃতদি (Common Gender) লৈতে মরমদি লোন অদুদদি ৱাহৈ পুমনমক অসি অককপা লিঙ্গ অমমম লৈ, মাখোইগী লিঙ্গ খাঙ্গবদি পোৎশক অদুগী মশানা মুপী নুপা ওইবগী মতুংইন্না খাঙ্গদে।

লিঙ্গ খাঙ্গনবা খুদম নিপানথক লৈ :—

(১) তোঙানবা ৱাহৈনা :—

| | |
|---|---|
| নুপা | নুপী |
| পা | —মা |
| —যাম্মা | —চে,—তৈমা |
| কু, মামা | —নে,—নেম |
| পল | মন্থাল |
| —তোল, খুডা | ন্দোল |
| পিবা | মৌ, নিঙোল |
| পম্মৌ | পলেম |
| পাখং | লৈশাবী |
| লাবা | অমোম |
| --ৱা | - তু |

--লৈবা ৱাহৈগী মথক্তা অহা·বা, অনিশুবা, অহুমশুবা মী খংহনবা সর্ব্বনামগী খুদম অমমম লাকই মাদুদি :—ইপা, ইমা, নকু, ননেম, মপল, মন্থাল অসিনচিংবা।

(২) আকাবনা লোম্বা পুংলিঙ্গদা ঈকাবনা লোমহল্লগা স্ত্রীলিঙ্গ ওই :—

| | |
|---|---|
| নুপা | নুপী |
| তোম্বা | তোম্বী |
| লাকপা | লাকপী |

| | |
|---|---|
| হনুবা | হনুবী |
| হিংচাবা | হিংচাবী |
| য়েনবা | য়েনবী |
| চাউবা | চাউবী |

( ৩ ) জাৎ অতুগী নুপী খংহনগে হাঙ্গবদা নুবী তাই মাতুদি:- ময়াংনুবী, মৈতৈনুবী, হাওনুবী বামননুবী অসিনচিংবা।

য়েংগদবা :--নিংথেমনুবী হাঙ্গবদি নিংথেম হাঙ্গবা জাৎকী নুপী খংহন্দে কোন্নুংগী মীনাই নুপীবু নিংথেমনুবী কৌই।

( ৪ ) জাৎ অতুগী নিংওোন খংহনগে হাঙ্গবদা চনু তাই মাতুদি:—থোকচোম চনু, ময়াংচনু, লৱাইচনু অসিনচিংবা।

( ৫ ) জাৎ অতুগী মতু খংহনবদা ওংবী তাই মাতুদি: সাহেবওংবী, হাওবম ওংবী অসিনচিংবা।

( ৬ ) জাৎ অতুগী মতু খংহনবদা মৌসু হাপনৈ মাতুদি:- থোকচোম মৌ অসিনচিংবা।

( ৭ ) অতোনবা জীব খংহনবা য়াহৈদা লাবা অমোম হাপলগা নুপা নুপী খংহল্লি মাতুদি: ষণলাবা, ষণঅমোম, শগোল্লাবা, শগোল অমোম অসিনচিংবা।

( ৮ ) নুপাসু নুপীসু পূননা খংবা অতোনবা জীবদা পা, পী হাপলগা নুপা নুপী খাঙ্গবা য়াই মাতুদি:—য়েনবা য়েনবী।

* য়েনবা হাঙ্গবা নাইহে অসি মশানা লাবা সংস্কৃতস্তু য়েন্নাবা অকানা হাঙ্গনা অর্থদা য়েনবারাবা হাঙ্গনৈ অমাস পুংলিঙ্গ অদি গোল্ল হাঙ্গবা যাই।

মীতৈবোলদদি ৱা হ অয়াম্বা তাবদা নোনবা হাঙ্গৈতুনা স্ত্রীলিঙ্গ শেমতুনা শীজিন্নৈ মাতুদি ঃ—ফোমানবী, কাংমানবী অসিনচিংবা।

মী, যণ শগোল, হূই অসিনচিংবা বাহৈ অসিবু নুপা, নুপী খাঙ্গৈদ্রিবা ৱাহৈ ( Common Gender ) কৌই মবমদি মী লাকই হাঙ্গৈগা নুপা লাকপস্মু য়াই নুপী লাকপস্মু য়াই।

লাইরিক, উপু. চে, কলম অসিনচিংবদদি নুপা, নুপী নাইদ মরম অসিনা মাখোই অসি নপুংশকনি। মপী হাঙ্গৈবা অসি মপাগী স্ত্রীলিঙ্গনি। অতুম ওইনমক হুজিক চৎনৱিবা লোল অসিদদি মাসিগী পুংলিঙ্গ থোইনা থিনদ্রে, মনমদি উচেক মপীনা মচা চাক ইনবিবি হাঙ্গৈবদি মমানস্মু মপানস্মু ওইবা য়াই, অতুগুমনা মাগী শগোল অতু পোকপদি কয়া কুইখিদ্রিবনি হাঙ্গৈববু চানবা শবী ফাখয়ে মকম অসিদস্মু শবী হাঙ্গৈবা অসি শগোল লাবস্মু অমোমস্মু ইখং খংবা য়াই।

পিবাগী স্ত্রীলিঙ্গ নিঙোনস্মু মোস্মু অনিমক যাই অতুমনদি ওইববদা নিঙোনদি পিবাগী মতৃ নত্তে. মতৃ খংহনবদা মৌ হাঙ্গৈবনি। —য়াম্মগী স্ত্রীলিঙ্গ —চেস্মু মতৃ খংহনবা নত্তে। মিঙ্গৌফমগী নুপী নুপা খাঙ্গৈবতনি। যণ অমোম মচাদি পোকত্রিবা পোকপা যানদি চাউরববু হাতম কৌই। মাসিগী পুংলিঙ্গ লাবা মচানি অতুগা লাবা মচা হাঙ্গৈবা ৱাহৈ অসিদি যণ নত্তবা শা অতৈদস্মু হাঙ্গৈনৈ, হাতমদি যণ নত্তবা শা অতদা হাঙ্গৈবা য়াদে।

## পন্দুপ তরুকশুবা।

### না পু শব্দ বিভক্তি (Case-Endings.)

মশীং অমসুং কারক খংননবা খুদমবু "না, পু" কৌই, মাসি মথল তরেং শুই; মথাদা না, পু গী ৱা মচা খাঙ্গনা ইবি।

#### মশীং (বচন Number)

অমনি অদু নত্রগা অমদগী হেনবনি হাঙ্গবা খংহনবা তদুবু মশীং (বচন Number) কৌই। না, পু অমমমগী মশীং অনি অনি লৈ—মমা খংহনবা, মযাম খংহনবা. মমম অদুনা অমা খংহনবা খুদম থাবগা অনতা অমসুং মযাম খংহনবা খুদম থাবগা অমদগী হেনবা মশীং খংনগনি।

#### মী (পুরুষ Person.)

ব্যাকরণগী লোনদা মা মথল অহুম শুই, ৱা ঙাংলিবা মীনা মশা মতোমদগী মহুংতা শীজিন্নবা সর্ব্বনাম অদুবু অহানবা, ঙংলুৱিবা মীগী মহুংতা শীজিন্নবনা অনিশুবা অনসুং মাহাক্কী মৱা ঙাংলিবা মীগী মহুংতা শীজিন্নবনা অহুমশুবা মা কৌই। ঐ, ঐখোইনচিংবনা অহানবা, নং, নখোইনচিংবনা অনিশুবা অমসুং মা, মাখোইনচিংবনা অহুমশুবা মীনি।

## না, পু গী খোইদোকপা ৱারম।

না, পু মখল তৱেৎকী মমিংদি অহানবা, অনিশুবা, অহুমশুবা, মরিশুবা, মঙাশুবা, তরুকশুবা, অমস্তুং তরেৎশুবা কৌই।

করম করম্বা না, করম কষম্বা খুদম তাবগে হাঈবা মখাদা উৎলি।

| অমা খংবা | | ময়াম খংবা |
|---|---|---|
| অহানবা | অ, না, | অ, শিং ( না ) খোই ( না )। |
| অনিশুবা | অ, বু, দা, ঙোন্দা | খোইবু, শিংবু, খোইদা, শিংদা। |
| অহুমশুবা | না | শিংনা, খোইনা। |
| মরিশুবা | দা, ঙোন্দা, তমক | খোইদা, শিংদা, খোইগীদমক, শিংগীদমক। |
| মঙাশুবা | তগী, ঙোনদগী | খোইদগী, শিংদগী। |
| তরুকশুবা | কী | খোইগী, শিংগী। |
| তরেৎশুবা | দা, ঙোন্দা | খোইদা, শিংদা। |

ৱাহৈ পুমনমক্তা হাপ্পা না, পু গী অ মাংই। মতাং অসিদা পান্দুপ অহুমশুবগী "মুন্না য়েংগদবা" কাউবা যাদে।

অ-তানবা জীব অমস্তুং মথৱাই পান্দবা খংহনবা পোস্তদি শিং. খোইনচিংবা হাপ্পুনা ময়াম খংহনবা শেম্বা য়াদে, অসিগুমবা মফমদদি ময়াম খংহনবা ৱাহৈ অমা নত্রগা বিশেষণ অদু অনিবক হল্লগা বহুবচন ওই। মাতুদি ঃ— উচেক ময়াম পাইরি, হৈরি-হৈবিবা লোন মুন্না খংবনা চুমই, মুশুক মুশুক মুবা দাগ লৈরে, মফম অসিদা ময়াম হাঈবা ৱাহৈ পকপনা উচেক অসি বহু-বচননি অমস্তুং বিশেষণ অনিবক হনবনা লোন অমস্তুং দাগ অনি অসি বহুবচননি।

খোই হাপলগা "নচিংতুনা অতৈম্" হাঙৈবা খংহল্লি, শিং হাপলগা "মীপুম তিংনা" হাঙৈবা খংহল্লি। মাতুদি ঃ—ওজাখোইনা লাউ হাঙৈরকই হাঙৈরবদি ওজানচিংতুনা থোদাবা ওম্বা পুমনমকনা লাউ হাঙৈরকই হাঙৈবদি ওজা ঙাক্না ওইরবস্মু য়াই ওজা নত্তবা ওইরবস্মু য়াই ; অতুগা পণ্ডিতশিংনা ৱা অসি হাঙৈনৈ হাঙৈরবদি অহৈবা পণ্ডিত অমমম মীপুমতিংনা খংহল্লি হাঙৈবদি পণ্ডিত নত্তবা য়াওদে।

সর্ব্বনাম শব্দদা শিং হাপ্তুনা ময়াম খংহনবা ংেশম্বা য়াদে ; কবি কবিগুম্বা মতমদা সর্ব্বনামদা শিং পকপগী খুদমদি সর্ব্বনামগী ৱাফমদা ফুটনোটনচিংবা য়েংগদবা ওই।

ঙোন্দা হাঙৈবা খুদম অসি সর্ব্বনাম অমস্মুং মী হাঙৈবা বিশেষ্য অসি নত্তবা অতৈদা হাপ্পা যাদে। খুদম অসি পকপা কর্ম্মদি মশা তারকপা কর্ম্ম ( Indirect object ) ওইবনা নমই। মাতুদি ঃ—ঐঙোন্দা পাউ অসি তাদনা চেল্লকই, লাইবিক অসি মীঙোন্দা থক পীথোককনু অসিনচিংবা।

অহানবা না, পু গী ময়াম খংহনবদা কবি কবিগুম্বা মফমদা লোন অবিবদা খোইখিবিক হাঙৈবা খুদম অসি শীজিন্নৈ। মাসি মী হাঙৈবা ৱাহৈ নত্তবা মী খংহনবা বিশেষ্য পুমনমক্তা অমস্মুং সর্ব্বনামদা হাপই। মাতুদি ঃ—বামখোইখিবিক অসিনচিংবা। শ্রীযুংকী সনাচবণদা ননাই ঐখোইখিবিকনা হঙংচৈ, মাসিগুম্বা ৱাতা অসি য়ামনা হাঙৈনৈ ; মফম অসিদা খুদম অসিনা নোল্লুকপা উংলি।

মী হাঙৈবা ৱাহৈদা অমা খংহনবা খুদম দা, দগী হাঙৈবা মওং অসি হাপ্পা য়াদে। ঙোন্দা, ঙোন্দগী হাপই অমস্মুং ময়াম খংহনবদা খোই য়াওবা না, পু তাদে, অতুগা মীখোইনা খংলোই হাঙৈনা খংখিত্রবদি তাক্নুনা কাম্লবা নৈতে, মফম অসিদা তাব্রিবা খোইনা অসিদি ময়াম খংহনবতস্মু নত্তে মাসিদি ৱাহৈ কনশিনবগী অর্থনি।

চাংয়েংনবগী অর্থদা হায়া। তগী অমসুং তয়েৎশুবগী খুদম দা দি হায়া। য়াই মাহুদি ঃ—মীদগী শানা হেন্না পংই, মীদা লৈবা জীবগা শা ওাদা লৈবগা মান্নবরা ?

মথাদা ওজা অমসুং মী হাঙবা য়াহৈ অনিগী মওং উৎলি ঃ—

ওজা

| | অমা থংবা। | ময়াম থংবা। |
|---|---|---|
| অহানবা | ওজা, ওজানা | ওজাখোই, ওজাশিং<br>ওজাখোইনা, ওজাশিংনা। |
| অনিশুবা | ওজাবু, ওজাদা | ওজাখোইবু, ওজাশিংবু<br>ওজাখোইদা, ওজাশিংদা। |
| অহুমশুবা | ওজানা | ওজাখোইনা, ওজাশিংনা। |
| মরিশুবা | ওজাদা, ওজাগীদমক | ওজাখোইদা, ওজাশিংদা,<br>ওজাখোইগীদমক, ওজাশিংগী-দমক। |
| মঙাশুবা | ওজাদগী | ওজাখোইদগী, ওজাশিংদগী |
| তরুকশুবা | ওজাগী | ওজাখোইগী, ওজাশিংগী। |
| তরেৎশুবা | ওজাদা | ওজাখোইদা, ওজাশিংদা। |

মী।

| | অমা থংবা। | ময়াম থংবা। |
|---|---|---|
| অহানবা | মী, মীনা | মীয়াম, মীয়ামনা, মীশিংনা |
| অনিশুবা | মীবু, মীঙোন্দা | মীয়ামবু |
| অহুমশুবা | মীনা | মীয়ামনা |
| মরিশুবা | মীঙোন্দা | মীয়ামদা |

| অমা খংবা। | | ময়াম খংবা। |
|---|---|---|
| মঙাশুবা | মীঙোন্দগী | মীয়ামদগী |
| তরুকশুবা | মীগী | মীয়ামগী |
| তরেৎশুবা | মীদা, মীঙোন্দা | মীয়ামদা |

বরি কম্নিগুম্বা মতমদা অহানবা না, পু গী ময়াম খংহনবদা মীশিং হাঈনবম্ন য়াওই; মাসিগী অর্থ অনি শুই (১) উশিংতবা খংহল্লি (২) মীশীং অককপা অমা লৈ হাঈনা খংহল্লি। মাহুদি ঃ— মীশিং অসি ঐনা হাঈবা ইন্দবা শারি চৈ থানকলবদি খংগদবনি, ঙবাংগী মীশিং অহু অমতম্ন লাকত্রে, মফম অসিদা ঙরাংগী মী মশীং অহুগী মনুংদগী অমতম্ন লাকত্রে হাঈবনি। অহুগুমহুনা মী খংহন্দবা বিশেষ্যগী মথাদম্ন শিং হাপ্পা য়াওই, মাখোই অহুম্ন মশীং অককপা অমা খংহল্লি। মাহুদি ঃ—উপুশিং অহু শেংনা কম্বোকউ হাঈরবদি নংনম্ন ঐনম্ন খংবা উপু অহু মশীং শুনা কম্বোকউ হাঈবনি।

বিশেষ্য অমম্নং ঐখোই, মাখোই, নখোইগী মথাদা গীমখৈ হাপলগা ময়াম খংহল্লি। মাহুদি ঃ -নখোইগীমখৈ লাক্কনু, উপুগীমখৈ হুন্দোকখরো অসিনচিংবা।

## কারক ( Case )।

কর্ত্তাবু হাঈবদি ক্রিয়াগী থবক পাংলিবা অহুবু কারক কৌই। * মাহুদিঃ -পীখি হাঈবা ক্রিয়া অসি পাংবদা কনানা পীখি, করি পীখি, কনাদা পীখি অসিনচিংবা রাহংদা খুমগদবা পুমনমক

* "কযোতৌতি কারকম" মহাভাষ্যগী অহানবা অ ধবা পাদ "নিম্পাত্তু মাত্রে কর্ত্তৃত্বং সর্ব্বত্রৈবাস্তি কাবাক ব্যাপার ভেদাপেক্ষয়াং করণত্বাদি সম্ভব।' ইতি ভর্তৃহরি।

অতু কারকনি। কারক মথল তরুক শুই। মাতুদি ঃ— কর্ত্তা, কর্ম্ম, করণ, সম্প্রদান, অপাদান, অধিকরণ। সম্বন্ধ অমসুং সম্বোধনদি ক্রিয়াগা মরীথোক্তে হাঙৈদ্রুনা সংস্কৃত ব্যাকরণনা কারক কৌদে, ইংরাজীদদি মাখোই অনি অসি কারক ওই। মফম অসিদা ঐখোইস্নু সংস্কৃতকী মতৌ তমদুনা অনি অসি কারকনি হাঙৈদ্রবনি।

## কর্ত্তা ( Nominative থোৱু )।

মকুওইনা ক্রিয়াগী থবক পাংলিবা অদুবু কর্ত্তা কৌই। মাতুদি ঃ—ঐ য়ুমদা চৎলগে, রা অসিদা চৎলগে হাঙৈবা ক্রিয়া অসি মরু ওইনা পাংলিবদি "ঐ" নি হাঙৈবদি মফম অসিদা ঐ হাঙৈবা রহৈ অসি য়াওদ্রবদি চৎলগে হাঙৈবা ক্রিয়া অসি পাংবা য়াদে. মরম অসিনা মাসি কর্ত্তানি; কত্তাদা অহানবা না, পু গী খুদম হাপই। বরম কারম্বা মফমদা কর্ত্তাদা না তাবগে হাঙৈব মথাগী পাথাপশিং অসি য়েংগদবা ওই ঃ—

বিশেষণ অমসুং ক্রিয়াবিশেষণ ওইনা শীজিন্নবা ফ্রেজগী * কত্তাদি না তাগনি। মাতুদি ঃ—

বঙ্কিমবাবুনা লেংবা লাইরিক, ঐনা তূমলিদৈদা মা চৎথিরমলে, শ্যামনা লাক্রুনা তাকলৈ অসিনচিংবা।

চিকপা তম্বিবা, ফুবা, হাৎপা, তাকপা, লাকপা ( Snatch ), ঙম্বা, লংজবা অসিনচিংবা লাকচবা খংহনবা † কর্ম্ম পকপা ক্রিয়াগী কত্তাদা না তাগনি। মাতুদি ঃ—তূইনা চিকনি, ওজানা ঐবু লাইরিক তম্বি, উচেকনা চথোকখ্রে অসিনচিংবা।

* বাগী শরুক মপুংফাবা ফিগা কোন্নদবু ইংরেজী ব্যাকরণনা ফ্রেজ কৌই।

† লাকচবা খংহনবা হাঙৈবগী অর্থদ অমনা অমবু ঙম্বা অদু নত্রগা পৌ ইশা শাদনা চৌনা হাঙৈবা অর্থ অমা অসি খংনগনি। তৌবা হাঙৈবা অসিদা ওজানা পোৎরবু ঙম্বা, চাপোকপা হাঙৈবা অসিদা চান্দী হেন্না পৌশাদনা খংহল্লি।

ময়ামগী মরক্তগী অমা অতুনত্রগা কাংলুপ অমা খন্দোকপা মতমদা কর্ম্ম পকপা ক্রিয়াগী কর্ত্তাদা না তাগনি। মাতুদি ঃ— থবক অসি রামতনা খংই, মরমংকপা অঙাংশিংনা লাইরিক ঔরাই।

করণ কারক ফোংদোকুনা লৈবা রাহৈগী কর্ত্তাদা না তাগনি। মাতুদি ঃ -মীনা ময়ানা চাক শাঈ।

হাঈজবা মতমদা কর্ম্ম পকপা ক্রিয়াগী কর্ত্তাদা না তাগনি। মাতুদি ঃ—মহারাজগী চরন্দা ননাই ঐনা হঙ্গৎচখি।

দি হাঈবা অব্যয় পকপা অতুনত্রগা পক্কদবদা মাংখিবা মফমদা কর্ত্তাগী না মাংই। মাতুদি ঃ—ননাই ঐদি রা অসি হঙ্গৎচদে, ঐ থাঙ্গোননা লৌ খাংবা হৈতে।

ভবিষ্যৎ ক্রিয়াগী কে তাবা ক্রিয়াগী কর্ত্তাদা না পকতে। মাতুদি ঃ — ঐ পীবককে অসিনচিংবা।

অরাপ্পদগী তৌরবপা খহনবা কর্ম্ম পকপা ক্রিয়াগী কর্ত্তাদা মথক্কী মংং অসি নত্তবা না পবই। মাতুদি ঃ— ঐনা পীবক্কনি, মানা হাঈবকই।

ইকাইখুমনবা খংহনবা মীগী মরা হংবদা কর্ত্তাদা বু তাই। মাতুদি ঃ মহারাজবু চাইথত্রববা ? সাহেবপু ঙসি কাবক্কদ্রা ? অসিনচিংবা।

কর্ম্ম ( Objective Case থবক )।

কর্ত্তানা তৌরিবা থবক অতুবু কর্ম্ম কৌই হাঈবদি পোৎ অতুগী মরমদা কর্ত্তানা কর্ম্মগী মথৌবু পাংনরিবা অতুবু কর্ম্ম কৌই।

মাতুদি:—ঐ লাইবিক পারি, মফম অসিদা লাইরিক হাঙবা রাহৈ অসি কর্ম্মনি, মরমদি ঐনা পাবা হাঙবা ক্রিয়াগী থবক পাংনখি-বদি লাইরিকনি।

কর্ম্ম কারকতা অনিশুবা না, পুগী খুদম ফমই। মী খংহনবা কর্ম্মদা পু তাই। মাতুদি:—যাত্রানা মাবু ইংরাজী তম্বি, মাহাকপু তুইনা চিকপিরে, রা অসি রামবুস্ন খংহনখো অসিনচিংবা।

থৌদাবকপা খংহনবা মফমদা কর্ম্মদা পু তাই। মাতুদি:—ঐবু শিলংদা লাকউ হাঙরকই।

রাহৈ কনশিনহনবা মফমদা মী খংহনবা খংহন্দবা কর্ম্ম পুমনমক্তা পু হাপই। মাতুদি:—পাবাবু ফাদ্রবদি স্কুল কাবকপগী কান্নবা লৈতে, তোম্ববু দারোগানা ফাখ্রে অসিনচিংবা।

মাগী মফমদা হাঙবদা কর্ম্মদা দা, ডোন্দা হাপই। মাতুদি:—পাউ অসি ঐডোন্দা চেল্লকই, রা অসি বামদস্ন খংহনখো।

অতু হাঙবা রাহৈ পকপা কর্ম্মদা পু গা.পু। মাতুদি:—কোইরেং অতু বৌখংলু, অঙাংশিং অতু পংচৈস্ন চৈবিগন্তু।

কর্ম্মনা মক ওইনা লৈবা রাগী কর্ম্মদা পু হা.পু। মাতুদি:—চাউবা ফাখ্রে, বাম য়ৈক, থোইবীগীদমক কোংয়াম্বা কৈনা চাখি, বাম লাইবিক তম্বিগ লাকই। *

করণ কারক ( Instrumental Case )

ক্রিয়াগী থবক পাংবদা বর্ত্তাগী মতেংপাংলিবা অতুবু করণ কারক কৌই। মাতুদি:—মীনা ময়ানা চাক শাই, বাবক অসিদা না পুগী অহুমশুবা খুদম হাপই।

---

* বাত্রা পাতাগী মতুংহনবা বাবু লাউবক তম্বগ অতুংত্রগা বাসনা লাইরিক তাঁবগে লাকত হাঙনা পংনগনি।

## সম্প্রদান ( Dative Case. )

পীনফমদা সম্প্রদান কারক ওই। মাতুদিঃ—রামদা লুপা তরা পীখো, কারক অসিদা মরিশুবা না, পু গী খুদম হাপই।

পুকনিংদদি পীগে নিংলবা পীবদি লোইদ্রিবা মফমদা সম্প্রদানগী কীদমক তাই। মাতুদিঃ—রামগীদমক লাইরিক অমা পীখি, নংগীদমক ফম অমা খাক্কনি। মফম অসিদা মথক্কী খুদমগী পীখি হাঈবা ক্রিয়া অসিনা পুকনিংনা নিংবা থুংনা পীবগী থবক পাংদ্রি হাঈবদি থাবদি থাখ্রে হাঈববু লৌগদবা মীনা ফংই ফংদে খংদ্রি মরম অসিনা কীদমক তারিবনি।

## অপাদান ( Ablative Case. )

চংথোকথিফমদা অপাদান কারক ওই; মাসিদা মঙাশুবা না, পু গী খুদম তাই। মাতুদিঃ— নোংথক্কগী নোং তাই; য়ুমদগী ফাখি অসিনচিংবা মফমদা নোংথক্কগী অমসুং য়ুমদগী হাঈবা অসি অপাদান কারকনি। করি করিগুম্বা মতমদসু অপাদান কারক্কী খুদম তগী হাঈবা না, পু অসি থুপ্তুনা লৈবসু য়াওই। মাতুদিঃ—মনাই ঐ পাপ কোকচরগে, ঈকুবা কারকলে অসিনচিংবা।

## অধিকরণ ( Locative Case. )

ক্রিয়াগী তুংনফম্বু অধিকরণ কারক কৌই। মাসিদা না-পুগী তবেংশুবা খুদম তাই। মাতুদিঃ—ঐঙোন্দা লুপা লৈতে, উপুদা লাইরিক পুমনমক হাপচিল্লু অসিনচিংবা।

## সম্বন্ধ ( Possessive Case. )

বিশেষ্য অদু নত্রগা সর্ব্বনাম বিশেষ্য অমগা মরি থোকনবা উৎপা রাহৈ অদুবু সম্বন্ধ কৌই। মাসিদা তরুকশুবা না-পুগী খুদম তাই। মাতুদিঃ—রামগী লাইরিক, ঐগী রা অসিনচিংবা

### সম্বোধন ( Vocative Case. )

কৌবা মতমদা বিশেষ্যগী সম্বোধন ওই। মাহুদি :—হা রাম নহাকনা কৃপা তৌবিয়ু; হে চাউবা লাকও। লোন অসিগী সম্বোধন্দা বিশেষ্যগী মওং করিস্নু হোংদে, কৌবা খংহনবা অবায় মথক্লা ফমবস্মু য়াই ফমদবস্মু য়াই।

ইকাই খুমনবা খংহনবদা মনাক্তা লৈবা মী কৌবদা সম্বোধন্দা পু হাপই। মাহুদি :—তাদবু ব্লা অমতা হংজগে, ওঝাবু দোকান্দা লেংবিগদৌবিববা অসিনচিংবা।

## পন্দুপ তরেৎ শুবা।

### সর্ব্বনামগী থোইদোকপা ব্লারম।

মীতৈরোন্দা সর্ব্বনামগী লিঙ্গ লৈতে। বিশেষ্যগী মতৌগুমনা সর্ব্বনামগীস্নু না-পু, মশী, মী, অমস্নুং কানক লৈ।

লোন অসিদা চৎনবা সর্ব্বনামদি ঐ, ঐহাক, মা, মাহাক, নং. নহাক, অত্নু, অসি, মাসি, কনা, করি, কয়া, অতৈ, খব, কদাই, শিবি, মহৈ মহৈ, মশেল, অশোম, মাদোম অসিনচিংবনি।

মাহাক নহাকনচিংবনা ইকাইখুমনবা মফমদা মা, নংনচিংবনা মমান্নবদা অমস্নুং মথাপোনবদা হাপনৈ হাঙ্গনা নিংবস্নু য়াওই, অত্নুগা হুজিক চৎনবিবা মীতৈরোন্দদি ইকাইখুমনবা মফমদদি য়ারিবমখৈ সর্ব্বনাম হাপ্তুনা অহুমশুবা মী খংহনবা বিশেষ্য

হাপ্তুনা লোৗন্নে। মাতুদি:—মাহারাজ নাহাক হোরেন লেংবিরক্কদ্রা অসিগুমনা কদৌউদম্তু হাঙ্গৈনদে, মহারাজবু হোরেন লেংবিরক্কদ্রা হাঙ্গৈনৈ, অতুগুমত্তুনা অজ্ঞানা মাহাক্তি লেংলকপা ডমলোই হাঙ্গৈতুনা পাও অসি চেল্লকই হাঙ্গৈদনা অজ্ঞানা লেংলকপা ডমলোই হাঙ্গৈতুনা অসিনচিংবা হাঙ্গৈগনি।

করি কম্বিগুম্বা মতমদা মাহাক নহাকনচিংবা হাপলগা উশিত্তবা অতু নত্রগা ৱাহৈ কনশিনহনবা খংহল্লি। মাতুদি:—তাদা নাহাকনা হাঙ্গৈবগী ঐনা পীথিবা নত্রা? অৱা মানা কৌববু মীতৈ নিংথৌনা চৎচরুদ্রা? মোইরাং ঐহাকনবু নংগুম্বগী তানা থিনবা কিবিবা মীয়া অসিনচিংবা।

ঐ, নং, মা, সর্ব্বনাম অহুম অসি ৱাহৈ অতৈগা তিন্নবা মতমদা ই, ন, ম, ওল্লি, ইপা, নপা, মখুৎ অসিনচিংবা ৱাহৈ পুমনমক্কা সর্ব্বনামশিং অসিগা তিন্নবা য়াদে; শাগৈ নাতৈ খংহনবা মিঙ্গৈফম অমস্তুং হকচাংগী কায়াৎ খংহনবা ৱাহৈগতা তিন্নে।

না-পুগী মতুংইন্না সর্ব্বনামগী মওং উৎপা।

ঐ সর্ব্বনামগী মওং।

| | অমা খংবা। | ময়াম খংবা। |
|---|---|---|
| অহানবা | ঐ, ঐনা, ঐহাক, ঐহাকনা | ঐখোই, ঐখোইনা |
| অনিশুবা | ঐবু, ঐহাকপু | ঐখোইবু। |
| অহুমশুবা | ঐনা, ঐহাকনা | ঐখোইনা। |
| মরিশুবা | ঐডোন্দা, ঐগীদমক | ঐখোইদা, ঐখোইগীদমক |
| মঙাশুবা | ঐডোন্দগী | ঐখোইদগী। |
| তরুকশুবা | ঐগী, ঐহাকী | ঐখোইগী। |
| তরেৎশুবা | ঐডোন্দা | ঐখোইদা। |

নং, মা খংহনবা সর্ব্বনাম অ'তস্থু মাসিমণ্ডাই। অতৈনচিংবা সর্ব্বনামগী মওং শেম্বা মতমদা, ময়াম খংহনবা খুদম হাপ্পুনা শেমদে সর্ব্বনাম অদু অনিয়কহল্লগা ময়াম খং'ন। পথাপ অসি কাঙ্গবা য়াওবকপগীদি মথাগী পথাপ মুন্না য়েংগদবা ওই।

মা হাঙ্গবা সর্ব্বনাম অসি চৎনবী লোন্দদি মী খংহন্দবা বিশেষ্যগী মহুৎতা হাপ্পা য়াদে।

অদু, মাদু—মং তৈলোন্দ। অদু হাঙ্গবা সর্ব্বনাম অসিগী শীজিন্নফম য়ামনা চনৈনৈ। মাসি বিশেষণ ওইনা শীজিন্নবনা নমই; করি করিগুম্বদস্থু ইংরেজীগী কম্পাউণ্ড পেলেটিভকী মতৌগুমনা শীজিন্নৈ। মাদুদি:—রাম অদু হোয়েল লাক্কনি (বিশেষণ), ক্রিয়াগী থবক পাংবদা কর্ত্তাগী মতেং পাংলিবা অদুবু করণ কৌই (Relative Pronoun সর্ব্বনাম)।

য়েংগদবা—অদু অসি ইংরাজীগী definite article the গী অর্থদস্থু শীজিন্নৈ। মী অদু, উপু অদু, পাৎ চাওগীমখৈ চৈরাপ্পা কারক্কনি হাঙ্গদুনা মী অমা থিরুববু অতৈদি ওমনা লাকই ঐগী মুপা অদুদি য়াওরমদ্রে।

অদু মাদুগী খেন্নবা—কনাগুম্বা অমনা লাইরিক অসি পুয়কউরা? হাঙ্গনা হংলবদি হোই অদু পুয়কউ হাঙ্গবগা হোঙ্গ মাদু পুয়কউ হাঙ্গবগা অর্থ অমতনি। অদুমনদি ওইরবদা লাইরিক অদু পুয়কউ হাঙ্গবদি য়াই, অদুগা লাইরিক মাদু পুয়কউ হাঙ্গবদি য়াদে। "মাদু" গী অর্থদি মা, অদু হাঙ্গবনি মরম অসিনা মাসিদি থাঙ্গশেংবা সর্ব্বনামনি; কদৌওৈদস্থু বিশেষণ ওইনা শীজিন্নবা য়াদে। মাদুদি:—লাইরিক অদুবু কদাইদা চৎখ্রবনো মাদু থিনয়িওৈদা থেংদোকখিদৌয়ে অসিনচিংবা।

অসি, মাসি—সর্ব্বনাম অনি অসিদি অনকপদা লৈবা পোৎকী মহুৎতা শীজিন্নৈ। মাতুদি ঃ—লাইরিক অতুবুদি অসিনা হেন্না ফৈ, অসি হাঙ্গৈরিঙৈদা মাতু ( মা ) লামশিল্লুগনু। অনি অসিগী খেন্নবসু অতু মাতুগা অক্মা'ন। "মাসি" গী অর্থসু মা অসি হাঙ্গৈবনি।

কনা—মী খংহনবদা কনা হাপই। পাউ অসি কনানা তমলৈ। কনাগী লাইরিকনো? বনাবু থিবগে?

মশক ম'মং খংদবা অতুনম্রগা মমিং হাঙ্গৈদোকনিংদবা মীগী মন্না ভাংবা মতমদা কনাগী মথাদা গুম্বা হাপলগা মী অতু খংহল্লি। মাতুদি ঃ- কনাগুম্বা অমনা ম্না অ'সে ঐঙোন্দা তমলে, কনাগুম্বগী মচিন্দগী তাতুনা হাঙ্গৈর্বনি।

করি—মী খংহন্দবা হংবদা মাসি শীজিন্নৈ। মাতুদি ঃ—করি তৌবা লাকই? করিগীদমক অসিগুম্বা থবক তৌবগে? ঐনা পাঙ্গৈরিবা অসি করিনো?

হংবা খংহন্দবদসু করি হাপই। মাতুদিঃ- করিসু লৈতবা ম্না অসিগীদমক মী হাকনা ওৎকনু।

কয়া—মশীং খংহনবা হংবদা মাসি শীজিন্নৈ। মাতুদিঃ- পোৎ অসিগী মমল কয়ানো?

অতৈ—সর্ব্বনাম অসিদি অককপা মশীং খন্নথাদনা লেপ্মৌবা পুমনমক খংহনগে হাঙ্গৈবদা হাপনৈ। মাতুদি ঃ—খ্রাম য়াওগ্রকতে অতৈদি খোৎখোৎপা লাকলে, চেগা কলমগা চিথরমলে অতৈদি ইয়াও-য়াওরকই।

মথক্কী সর্ব্বনামশিং অসিগী মনুংদা অদুদগী কয়া ফাওবা অসিগী ময়াম খংহনবদি মথক্তা হাঙ্গৈখিবা অদুমনা খুদম হাপ্পুনা শেমদে, ৱাহৈ অদু অনিরক হল্লগা ময়াম খংনৈ। মাদুদিঃ—অদু অদু লোগে হাঙ্গৈবা হৌজিক্কুগী খংহল্লু, অসি অসি পীগে হাঙ্গৈবা তাকলক্কে। অতৈ হাঙ্গৈবা সর্ব্বনাম অসিদি অখ্বাইগা মান্নদে। সর্ব্বনামগী বহুবচনদি খোই হাপই অদুগা মাসিদি বিশেষ্যগী বহুবচনগী খুদমশিং হাপলগা ময়াম খংহল্লি। * অওইবমক্তি অতৈ হাঙ্গৈবা সর্ব্বনাম অসি বহুবচননি, মরমদি ওসি নুপী মচা অনি লাক্কদববু অমদি লাকলে অতৈদি লাকত্রি হাঙ্গৈবা য়াদে, শিং হাপলগা অতৈগী বহুবচন ওইবগী খুদম—ঐনা লোগদবা খরা খল্লে অতৈশিং অদুদি ঐঙোন্দা কন্নিসু কান্নরোই।

কনা, করি হাঙ্গৈবা সর্ব্বনামশিং অসিদা সু পকলবদি নত্তবা খংহনবা ক্রিয়া শীজিন্নে। মাদুদিঃ—করিসু পামদে, কনাসু লাকতে, কনাসু চৎলোইদ্রা? করিসু পুরক্কনুরা?

কদাই—হংবা খংহনবা সর্ব্বনামনি। ময়াম লৈবদগী অমা খন্দুনা তাকহন্নিংবা খংহল্লি,; মাদুদিঃ—লাইরিক ময়াম অসিদগী কদাই পীয়ুগে? কদাইনো? অসিনচিংবা।

খরা—মশীং অমসুং চাং খংহনবা সর্ব্বনামনি। অককপা মশীংদ খংহন্দে। মাদুদিঃ—কলম কয়া পুরকউগে? খরা পুরকউ অসিনচিংবা।

শিবি—সর্ব্বনাম ওইনসু শীজিন্নে। মাসি অরেপ্পা ইখং খংহন্দবা সর্ব্বনামনি; কোন্না হাঙ্গৈগদরিবা ৱাহৈগী মহুৎতা শীজিন্নে। মাদুদঃ—শিবি খরা পুরকউ, লাইরিক অদুনি।

---

* শিং পাকপা সর্ব্বনাম অতৈ অতৈসু উবা ফংই অদুগা মাখোইগী অর্থদ বহুবচন খংহনদে খোইদোকপা অমতা খংহন্দুনা তোকই। মাদুদিঃ—ঐনা ধনম্বা পোৎ অদু ঐগী থক্কমদা লৈরমদরা অদুশিংদা ঐনা শাওনিংবদি হাঙ্গৈনিঙাই লৈতে; ঐগোইশিংবু পামদ্রি-মাল্লে অসিনচিংবা।

## বিশেষণগী থোইদোকপা ৱারম।

মীতৈরোন্দা বিশেষণদি বিশেষ্যগী মথাদা হাপ্পনা নমই, করি করিগুম্বা মতমদসু মথক্তা হাপই। মাতুদি ঃ—লৈ অঙাংবা অমা হেকলকউ। অফবা পোৎ পামদবা কনাসু য়াওদে।

বিশেষণ অতূনা খংহল্লিবা মগুণ অতু মরু ওইনা উৎপা মতমদা বিশেষণনা বিশেষ্যগী মথক্তা ফমই মথক্কী খুদমদা অফবা পোৎ পামদবা কনাসু লৈতে হাঙ্গবগী অর্থদি পোৎ অতুনা ফদবু ফরবদি পামদবা কনাসু লৈতে হাঙ্গবনি, অতুগুমতুনা লাইরিক হৈতবা মীদি মীনি হাঙ্গবা অরেম্বনি, ঐনা পুরকউ হাঙ্গবদি অঙাংবা লাইরিক অতুনি।

ধাতুদা পা হাপ্পুনা ক্রিয়াদি ওইববা বিভক্তিদি থাদ্রিবা ৱাহৈগী মথক্তা অ হাপলগা বিশেষণ ওই, মীতৈলোনগী বিশেষণ অশেংবগী মখৈদি অসুমনা শেম্বনা নমই। মাতুদি ঃ—অতূম্বা মী হোদোকপা লাঙ্গ।

“ইরে” ( Verbal inflexion ) পকপা ক্রিয়াদা পা হাপলগা বিশেষণ ওই অমসুং একারনা লোম্বা ক্রিয়াগী একার মাংই। মাতুদি ঃ—ফত্তবা থবক খক তৌরুগনু, চাক চাদ্রিবা মীবু অশুপ ৱাহনবা খক হৌনদে।

অদু, অসি, কয়া, করি অসিনচিংবা সর্ব্বনামসু বিশেষণ ওইনা শীজিন্নে। মাতুদি ঃ—লাইরিক অদু পুরক্কনু ; ফি অসি ফোদোকখো ; নংগী গাড়ী অসি লুপা কয়া পীতুনা লৌবগে? নং করি লাইরিক তমলি?

করি, নত্তবা সর্ব্বনাম বিশেষণশিং অসিদি করিগুম্বদসু বিশেষ্যগী মথক্তা হাপ্প য়াদে।

মমান্নবা হাঙ্গৈবগী অর্থদা অহু, মাহু, অসি মাসিনচিংবা সর্ব্বনামদা কুম্বা হাপলগা বিশেষণ ওই; মাখোই অসিদি বিশেষ্যগী মথক্তস্থু মথাদস্থু শীজিন্নবা য়াই। মাহুদি :—অহুগুম্বা রা অহু ঐঙোন্দা ঙাংগন্নু, লাইরিক অসিগুম্বদি ঐদি অমুক্তস্থু পাখিদরি অসিনচিংবা।

মান্নবা হাঙ্গৈবগী অর্থদা বিশেষ্যদা অমস্থুং করি, কনা হাঙ্গৈবা সর্ব্বনাম অনি অসিদা কুম্বা হাপলগা বিশেষণ ওই। মাখোই অসিদি বিশেষ্যগী মথক্তা ফমই। মাহুদি :—ঐ লাইরিকুম্বা পোৎ অমা উই, কনাগুম্বা মীগী মচিন্দগী তাই, করিগুম্বা কান্দা নংগী নব্বা চংনগনি।

হাইরপ হাঙ্গৈবা অর্থদা মচু খংহনবা রাহৈদা লৈনবা, থাংনবা, বানবা হাপ্তুনা বিশেষণ শেমই। মাহুদি :—ঙাংলৈনবা, রাউথাংনবা, শংবানবা অসিনচিংবা।

মশী' খংনবা বিশেষণদি করিগুম্বা মতমদস্থু বিশেষ্যগী মথক্ত ফমদে। মাহুদি :—লুপা মঙা, ইপুল তরা অসিনচিংবা।

মাতৈপোন্দা বিশেষণগী চাং খাঙ্গৈবা লৈতে * বিশেষ ওইনা শীজিন্নবদি না, পু খাঙ্গৈবস্থু লৈতে, কবি করিগুম্বা মতমদা স্ত্রীলিঙ্গ শেমহুনা শীজিন্নবা য়াওই। মাহুদি :—নিংথিজবী ইবেম্মা অসিনচিংবা।

পথাপকী মতুংইন্না বিশেষ্যনা বিশেষণগী মথাদা ফমলবদি বিশেষ্যদা তাগদবা না, পু অহু বিশেষণদা তাগনি। মাহুদি :—মুকফু অচৌবদা কালি লৈবনি।

* ইংরাজীগী comparison হৈবা মীগী চনিং থুংনবা মপংগী পথাপ অসি তাকপা চুম্বামাল্লে নংই। দগী হেন্না হাপলগা comparative অমুইদগী হেন্না হাপলগা superlative degree ওই। মাহুদি —নংগী লাইরিকনা ঐগী লাইরিকুগী হেন্না চাওই, চীং অসি অমুইদগী হেন্না চাওই।

# পন্দুপ নিপাল শুবা।

## ক্রিয়াগী থোইদোকপা য়ারম।

ক্রিয়াগী থোরকফমবু ধাতু কৌই। মাতুদি :— তূম্বা হাঙ্গবা অসি তূম দগী :হৌরকপনি, মরম অসিনা তূম অসি ধাতুনি।

থোইদোক থোইদোকপা অর্থদ ধাতুদা লাকপা :—

১। ইনশিনবা অর্থদা ধাতুদা হন লাকই। মাতুদি :— তৌহনবা, কাঙ্গহনবা, চংহনবা, হৈহনবা অসিনচিংবা।

২। মন্নুংচননা হাঙ্গবগী অর্থদা ধাতুদা শিন লাকই। মা.দি :— হাঙ্গজিনবা, তমশিনবা, ইনশিনবা, খামজিনবা অসিনচিংবা।

৩। তিন্নরা হাঙ্গবগী অর্থদা ধাতুদা মিন্ন লাকই। মাতুদি :— তূম্মিন্নবা, চামিন্নবা, লৈমিন্নবা অসিনচিংবা।

৪। ইরাঙ্গ লাঙ্গনা অমসুং থোশাদনা অতুনত্রগা মপান্থোকনা হাঙ্গবগী অর্থদা ধাতুদা থোক লাকই। মাতুদি :— চাথোকপা, হুন্দোকপা, হাঙ্গদোকপা, শীথোকপা অসিনচিংবা।

৫। লেপ্পনা মথাগাবা অর্থদা ধাতুদা থ লাকই। মাতুদি :— শকথবা, পায়থবা, হাইথবা অসিনচিংবা।

৬। তৌহ্নুনা লৈহোবা হাঙ্গীবগী অর্থদা ধাতুদা হৌ হাপই। মাহুদি ঃ— লৈহোবা, চাহোবা, তুমহোবা, লোহোবা, অসিনচিংবা।

৭। য়াথং নিবা অর্থদা ধাতুদা চ হাপই। মাহুদি ঃ— হাঙ্গীজবা, নিজবা, তমজরি অসিনচিংবা। মাসিদা য়াথং পীবা "ইরে" হাপলবদি থৌওই-উশিত্তবা থংহল্লি। মাহুদি ঃ— লাকচৌ, হাঙ্গীজৌ, চাজরকন্নু অসিনচিংবা।

৮। হৌনৈ হাঙ্গীবগী অর্থদা ধাতুদা হৈ হাপই। মাহুদি ঃ— চাহৈবা, তৌহৈবা, হাঙ্গীহৈদবা অসিনচিংবা।

৯। লাক্কুনা তৌবা হাঙ্গীবগী অর্থদা ধাতুদা অ লাকই। মাহুদি ঃ—তাকঅবা, হাঙ্গীরবা, চৎলবা, তুম্মবা, তুমলবা অসিনচিংবা।

১০। চৎ্লুনা তৌবা হাঙ্গীবগী অর্থদা ধাতুদা উ লাকই। মাহুদি ঃ — তাকউবা, চৎলুবা, তুম্মুবা অসিনচিংবা।

১১। নত্তনা ওইবা মালহনবা অর্থদা ধাতুদা শিন্ন লাকই। মাহুদি ঃ —নাশিন্নবা, চাদশিন্না চখোমচাউ।

১২। তৌহ্নুনা থনম্বা অহুনত্রগা লৈরম্বা হাঙ্গীবগী অর্থদা ধাতুদা লম লাকই। মাহুদি ঃ— হাঙ্গীরম্বা, ফমলম্বা, লাইরিক ইবমগে অসিনচিংবা।

১৩। অথাম্লদগী শিরবপা অর্থদা ধাতুদা লক লাকই। মাহুদি ঃ — থারকপা, শীরকপা, তমলকপা অসিনচিংবা।

১৪। তৌহ্নুনা লাকপা অর্থদসু ধাতুদা লক লাকই। মাহুদি ঃ — ঐ মাখোইদা চাক চারকই, কলিকাতাদগী তমলকই।

১৫। ইশাই খুমনবা মফমদা ধাতুদা পি লাকই। মাহুদি ঃ—লাইনা ঐখোইবু ঙাকপিরি, ওজানা ঐখোইগী পারা তাঁকপিগনি।

১৬। অমগীদমক অমনা তৌবিবা অর্থদস্মু ধাতুদা পি লাকই। মাহুদি ঃ—মাগীদমক ঐনা থবক অমা থিবিগনি।

১৭। হৈনবা খংহনবদা ধাতুদা কন লাকই। মাহুদি ঃ—হাঙ্গনবা, তাক্কনবা, চাগনবা অসিনচিংবা।

১৮। মথক কানা হাঙ্গৈবা অর্থদা ধাতুদা খং লাকই। মাহুদি ঃ—ইনখংপা, হাইখংপা, থাঙ্গংপা অসিনচিংবা।

১৯। মহৌশানা ওইরমদবদগী ওইনবা হোংনবা অর্থদস্মু ধাতুদা খং লাকই। মাহুদিঃ—হৌগংপা, নৌংপা অসিনচিংবা।

২০। অমগা অমগা হাঙ্গৈবগী অর্থদা ধাতুদা ন লাকই। মাহুদি ঃ—ভাংনবা, চান্নবা, হাঙ্গনবা অসিনচিংবা।

২১। মরমগীদমক হাঙ্গৈবদস্মু ধাতুদা ন লাকই। মাহুদিঃ—য়ানবা, চানবা পোংচৈ অমতস্মু লৈত্রে।

২২। পংনা হাঙ্গৈবদি মহৌশাগী চাংদগী হেন্দোকপা অর্থদা মথক্তা পং লাকই।

য়েংগদবা—ধাতুদা লাকপা ময়েকনা ধাতুগী মথক কারবদি ধাতু অত্তু অমিরক হনবনা নমই। মাহুদিঃ—পংহাঙ্গ হাঙ্গৈব, পংচং চংপা অসিনচিংবা।

২৩। পুল্লপনা হাঙ্গৈবগী অর্থদা ধাতুগী মথক্তা ই লাকই। মাহুদিঃ—ইরাক লাকতে, ইথং থংদে, ইনোক নোকতে।

২৪। পুল্লপনা হাঙ্গবগী অর্থদা ধাতুগী মথক্তা শুপ লাকই। মাসিদ য়াদবা খংহনবা ক্রিয়া বিভক্তি হাপলগা শীগিন্নে। মাহুদিঃ—শুপনোক নোক্কে।

২৫। মপুংফানা হাঙ্গবগী অর্থদা ধাতুগী মথকতা পুম লাকই। মাহুদিঃ—পুমখং খংদে, পুমহুন হুন্দোকপা অসিনচিংবা।

২৬। ওখাক অহু নত্রগা পূকনিংনা য়াদ্রবস্থ অমগীদমক য়াবা হাঙ্গবগী অর্থদা ধাতুগী মথক্তা ম লাকই। ম লাকপদদি ধাতু অনি থোন্দে। মাহুদিঃ—মচাল্লি, মখংহোগে, মরক মরক্তা মরাকউ অসিনচিংবা।

২৭। পাম্বা অর্থদা ধাতুদা নিং লাকই। মাহুদিঃ—চৎনিংবা, হাঙ্গনিংবা, চানিংবা অসিনচিংবা।

২৮। তৌহুনা চৎপগী অর্থদা ধাতুদা চেম তাই। মাহুদি ঃ—পুজেম্বা, তাকচেম্বা, হাঙ্গজেম্বা অসিনচিংবা।

২৯। চাংদগী হেনবা হাঙ্গবা অর্থদা ধাতুদা মন লাকই। মাহুদি ঃ—হাঙ্গমনবা, তৌমনবা, চামনবা অসিনচিংবা।

৩০। তুহনবগী অর্থদা হাই, লাক, কাপ, নম, কাও ইনন-চিংবা ধাতুদা থু লাকই। মাহুদি ঃ—কাপথুবা, নমথুবা, লাকথুবা, কাওথুবা অসিনচিংবা।

৩১। তেক, থোক, কাঙ্গ, ধাতুগী মথক্তা থু লাকলগা কর্ম্ম পকপা ক্রিয়া শেম্বা য়াই। ধাতু অনিরক হন্দে অমম্নুং তৎ ধাতুগী মথক্তা লাকপা থুগী উকার মাংই। মাহুদি ঃ— থুদেকপা, থুদোকপা, থুগাঙ্গবা, থদৎপা অসিনচিংবা।

৩২। লাকচবা অর্থদা শুম, হাই, লাক, নম, লাউ, চা, চৈ খোং, তু, কুপনচিংবা ধাতুদা হৎ লাকই। মাহুদি :—শুমহৎপা, হাইহৎপা, লাকহৎপা, নমহৎপা, লাউহৎপা, চাহৎপা, খোংহৎপা. তুহৎপা, কুপহৎপা।

৩৩। থাদোকপা অর্থদা হুন অমস্তুং লং ধাতুদা শেক হাপই। মাহুদি : —হুশ্লেকপা, লংশেণপা।

৩৪। কাঙ্গহনবা অর্থদা তক, লং, চাই, হো, ধাতুদা খাই লাকই। মাহুদি : —তকখাইবা, লংখাইবা, চাইখাইবা, হোগাইবা অসিনচিংবা।

৩৫। ঈনশিনবা অর্থদা চা, থক ধাতুগী মথক্তা পি লাবই। ধাতু অনি থোন্দে পিজবা, পিথকপা।

৩৬। অথাপ্পা তান্না শীবা অর্থদা মশা তারকপা কর্ম্ম লৈবা ধাতুদা খি হাপই। মাহুদি:—মাঙোন্দা লাইবিক অমা পীখিগনি, বামদস্তু য়া অসি খংহনখ্রে।

৩৭। তৌহুনা চৎখিবা হাঙ্গবগী অর্থদস্তু ধাতুদা খি হাপই। মাহুদি :—মাহাক চৎখ্রে, ঐদি শিখিগনি।

৩৮। মহৌশাগী মতৌ অমুক হঞ্জিনবা হাঙ্গবগী অর্থদা ধাতুদা খি লাকই। মাহুদি :—নশা নহা ওইরি নিংথিনা লায়েংলবদি নশা কনখিগনি, ঙসিদি থন্নাই য়ামনা মুংঙাইখ্রে।

৩৯। মখা তানা হাঙ্গবা অর্থদস্তু ধাতুদা খি লাকই। মাহুদি:—তাখিশি, ঐ লাইরিক তমখিগনি, লাকখিদ্রে অসিনচিংবা।

৪০। ঙাইখো হাঙৈবগী অর্থদা ধাতুদা খি লাকই। মাসিদি য়াঋং পীবা অমসুং ওইগদবা ক্রিয়া বিভক্তিগা শীজিন্নৈ। মাহুদিঃ — মাহাক চাক চাকখিশস্থু, নং য়া অসি হাঙৈরুখো, চাক চাখিয়োইদ্রা?

৪১। রোম হাঙৈবগী অর্থদা ধাতুদা ফাৎ লাকই। মাসিদি ওইদ্রিবা মতমগী য়াদবা খংহনবা ইয়েগা শীজিন্নৈ। মাহুদিঃ— লোইফাদ্রি, হাঙৈফাদ্রিঙৈনা চৎখি, খর চাউফাৎতে অসিনচিংবা।

৪২। তৌননবা হাঙৈবগী অর্থদা ধাতুদা নিঙাই তাই। মাহুদিঃ —হাঙৈনিঙাই, চানিঙাই অসিনচিংবা।

৪৩। তৌফম থোকপা অর্থদা ধাতুদা কদবা তাই। মাহুদিঃ— চৎকদবা।

৪৪। য়ামনা হাঙৈবগী অর্থদা খৎ, ফিং, পা, থক, তেক, নান, লু, লাই, শেং, ঙাং, লৌ, লাকনচিংবা ধাতুগী মথক্তা ত লাকই। মাহুদিঃ —তখৎ তখৎপা, তফিং তফিংবা, তবা তবাবা, তথক তথকপা, তদেক তদেকপ, তনান তনানবা, তরু তরুবা, তরং তরংবা অসিনচিংবা। মাখোই অনি অসিদি বিশেষণ ওইনা শীজিন্নবসু য়াই। তয়াই তগোকপসু হাঙৈনৈ।

৪৫। য়ামনা হাঙৈবগী অর্থদা কৌ, ঙৌ, ঙাং, চাও, তুম, পাক, পিক, মু, শং, লংনচিংবা ধাতুগী মথক্তা অ লাকই। অ মাংথ্রগা ধাতু অনি থোল্লি, অমসুং মরক্তা য়াহে মতেক অমা লাকই; অয়াকপা য়াহৈ মতেক অসি ক বর্গগী ধাতুদা ওইরবদি য়, চ বর্গ, প বর্গগী ওইরগা ত বর্গ ত বর্গগী ওইরগা প বর্গ, কাংলুপকী মঙাগুবা ওইরগা শ, শগী মথাদা ওইরগা তবর্গগী মথেক *াকপনা নমই। মাহুদিঃ — কোঙৈরপ কোঙৈবা, চাউথোক চাউবা, তুম্বক তুম্বা, পাকথোক পাকপা, ঙৌরক ঙৌবা, ঙাংশং ঙাংবা,

পিশক পিকপা, শংত্রিক শংবা, শাংদ্রোং শাংবা, মুশুক মুবা, লংত্রিক লংবা।

চংনবা ৱাহৈ

ঐখোইগী মীতৈয়োন্দা করিগুম্বা থোইদোকপা অর্থ অমা খংহনগে হাঙ্গীৱবদা ৱাহৈ অমগী খাদা অককপা ৱাহ অমা নত্তনা মাহুগা অর্থ মান্নবা ৱাহৈ অমা হাপ্তুনা অর্থ অদু ফোংদোকপা য়াদবা য়ামনা লৈ মাখোই অসিবু চংনবী ৱাহৈ কৌই। মাসি হৈত্তবা মীবু ময়োল তৈবা কৌই। মখাদা মাসিগী খুদম খর পীরি।

ঙা, মোরোক, কংদ্রিববু অতেকপা কৌই; হৈমুন্দ্রিববু অশংবা কৌই; মোরাক ঙাংদ্রিববুসু অশংবা কৌই।

চাক, য়েনঝাং থোংবা হাঙ্গী, খেচরি, তল, ক্ষীব হোবা হাঙ্গী। ঙা ঙৌবা, থাউ ঙৌবা, যঙ্গাম ঙৌবা হাঙ্গীনৈ।

মৈমুংদা থিংজিন্দুনা মুলহনববু লৌবা কৌই। মঙ্গা লৌবা, ঙা লৌবা অসিনচিংবা।

চেং, ফৌ য়োনববু তাইবা হাঙ্গীনৈ: থুমদি লৈবসু য়োনবসু তাইবা হাঙ্গীনৈ। চেং, ফৌ, য়ু, লৈববু ৱানবা হাঙ্গীনৈ।

ঈশিং শাহনববু লুম্বা কৌই। মহিলাংবা পোৎতা থাদত্তুনা মুলহনববু ফুৎপা কৌই। মাহুদি:—চম্ফুৎ ফুৎপা।

শম অশাংবা তেলহনবনা ককপা, অদুগা অমুক্তোইনা লৌথোকপনা শমৃকোকপা হাঙ্গীনৈ। ককপদি তুপথৎপা হাঙ্গীনৈ। মাহুদি:— লং অসি ককথৎলু, সংসারগী মুংশিবা, অপাম্বা পুমনমক ককথৎপা ঙমলকত্তদা লম্মোইগদবনি।

তুপনবা হাঙ্গৈনা থাংনচিংবনা কননা থাবদি য়ানবা কৌই। মাহুদি :—য়া য়ানবা, উ য়ানবা অসিনচিংবা। অথোংপা পোং য়ানদনা ককপনা লেনবনি। মাহুদি :—উমেশ ছুরিনা মখুং লেনথংলে, ডায়েন্থাং।

মযুং ইন্না ককপনা খাঙ্গবা কৌই। মাহুদি :—মী খাঙ্গয়ু, য়াচেং খাঙ্গয়ু। পানা খাঙ্গবনা শিবা কৌই। মাহুদি :—লী শিবা, পয়া শিবা অসিনচিংবা।

কাতিনা ককপবু চপ্পা কৌই। মাহুদি :—ঐ চে চপলি। অপাবা পোং মওং থোকনবা ককপদি য়াংপা কৌই। মাহুদি :—তেলঙ্গা য়াংলু।

অহিংবা পোং চংনা তুপহনববু কম্বা কৌই, মুংশিহৈত্তবম্মু উৎলি। মাহুদি :—হাও নাইগী জাৎতি তাইবংমীবু লেপকম কমই, উ শঙ্গমদ মৈতাল লাদে অসিনচিংবা।

ই, নাপী ফানবা, লৌ খাওবা, উ য়ানবা, উশা থাবা হাঙ্গৈনৈ।

মহি লাংবা পোং শাইদনা য়োংপগী মখৈ থবপা হাঙ্গৈনৈ। মাহুদি :—ঈশিং থকপা, যঙ্গোম থকপা। অতুগা হিদাক থকপা হাঙ্গৈববদি ডাম্বুক্কা হিদাক (হিদাক মনা অশুবা) হাপলগা মৈখু চিংববুম্মু হিদাক থবপা, অমম্মুং অনাবা ফনবা পোং থকপম্মু হিদাক থকপা কৌই। অতুগা হিদাক চাবা হাঙ্গৈরবদি অনাবা ফনবা পোং চাবনি হাঙ্গৈনা খংনগনি।

খোংগুপ, মোজা, খোংঙ্গাও তুপি উপ্পা হাঙ্গৈগনি। ফৈজোম শেৎপা, ফুরিৎ লিৎপা, আনোক হাপ্পা, কোয়েৎ য়েৎপা হাঙ্গৈনৈ।

য়ারী লীবা, ইশৈ শকপা, য়াডাংবা নত্রগা হাঙ্গৈবা হাঙ্গৈনৈ।

হুনা হুম্বা, মুংশা শাবা, মুংশিং শিংপা হাঙ্গীনৈ।

মথক্কী অসিতসু নত্তনা ধাতুদগী থোকপা বিশেষ্যগী মহৌশাগী মশিন খংহনবা মতমদা ধাতু অদুগী ক্রিয়া শীজিন্নৈ। মাদুদিঃ—খোংদা উপনববু খোংউপ কৌই, মময় অদুনা খোংউপকী মশিন খংহনবা ক্রিয়াদি উপ্পা হাঙ্গীগনি; অদুগুমদুনা চাক চাবা ফক ফম্বা, শুকনা শুবা, লাইরিক ইবা অসিনচিংবা হাঙ্গীনৈ।

লিক চৎপা—লিক মশীং থীদুনা লাই শোনববু লিক চৎপা হাঙ্গীনৈ।

থাউমৈ থানবা, মৈ থাবা, নত্রগা থাগৎপা হাঙ্গীনৈ। মৈ চাকপা হাঙ্গীগনি; মৈ তিকপা য়াইবা হাঙ্গীনৈ, অদুগা মুংশাদি য়াইবা হাঙ্গী তিকপা হাঙ্গীনদে।

লৈই ইবা, লাই য়েকপা ( মং অমা থোকনবা ইবা ) হাঙ্গীনৈ, খোবি খোংপা হাঙ্গী। লৈপাক তৌবা হাঙ্গী, যম্পোৎ খোইবা হাঙ্গীনৈ।

মীগী লৌ য়াঙ্গইদুনা উববু লৌ শানবা কৌই। মাদুগুমদুনা যণ শাংবা ( শানব হাঙ্গীবা অসি অয়াঙ্গীমন পীগদবা খংনৈ )।

চা। মফম গোংদুনা থাববু লিংবা কৌই। মাদুদিঃ—লৌ লিংবা, মোংরাক লিংবা।

লৈ শাংপা, হৈ পানব, মহৈ য়ানবা, মপান শাংপা হাঙ্গীনৈ।

## ক্রিয়াগী মথল।

কর্ম্ম পাপা পক্কবগী মতুং ইননা ক্রিয়া মথল অনি শুই কর্ম্ম চেন্নবা ক্রিয়া! কর্ম্ম পকপা, কর্ম্ম চেন্নদবা ক্রিয়াবু কর্ম্ম পক্কবা কৌই।

কর্ম্ম পকপা ক্রিয়া অসি মখল অনি শুই, কর্ম্ম অমতা পকপা অমসুং কর্ম্ম অনি পকপা। কর্ম্ম অনি অসিদি অমবুনা মরু ওইবা কর্ম্ম অমবুনা মশানা তাৱকপা কর্ম্ম কৌই; ক্রিয়াগী মশানা চেল্লিবা কর্ম্মবু মরু ওইবা কর্ম্ম, অমসুং ৱাতাগী মতুং ইন্না মরু ওইবা কর্ম্মগী মথক্তা কর্ম্ম অমা পুশিল্লকপা অদুবু মশা তাবকপা (গৌণ) কর্ম্ম কৌই। মাতুদি:- গোবেল মাবু চাক পীজৌ মফম অসিদা ক্রিয়াগী মশানা চেল্লিবদি চাক হাঈবা কর্ম্ম অসিনি; মবম অসিনা মাসি মরুওইবা কর্ম্মনি; অদুগা মাবু অসিনা ৱাতাগী মতুং ইন্না পুশিল্লকপা কর্ম্মনি মবম অদুনা মাসি মশা তাবকপা কর্ম্মনি।

মশা তাবকপা কর্ম্ম অসিদি ইংরেজিগী Indirect object কী মতোংগুম্না মী খ হনবা কর্ম্মনা ওইগল্লি।

ৱাহৈ লোইবা লোইদবা।

ৱা অমা লৈবকদা ক্রিযা অমা যাওদবা যাদে। ৱা লোমহনবা ক্রিযাবু মপুম ফাবা ক্রিযা কৌই। অদুগা ৱা লোমদবা ক্রিযাবু মপুম ফাদবা ক্রিযা কৌই।

ৱাহৈ লোইবা লোইদবা ক্রিয়া।

ৱা অমা লৈবকদা ক্রিযা অমা যাওদবা যাদে। ৱা লোমহনবা ক্রিয়াবু মপুংফাবা ক্রিয়া কৌই। অদুগা ৱা লোমদবা ক্রিয়াবু মপুংফাদবা ক্রিযা কৌই। ঐ চৎলগা হাঈববদি ৱাহৈ মপুংফাদে হাঈবদি মাসিগী মথাদা ৱাহৈ অমা পামই মবম অসিনা মাসি মপুংফাদবা ক্রিয়ানি। অদুগা ঐ চৎলগে হাঈগবদি ৱাহৈ অমা য়াওদ্রবসু য়াবে, মবম অসিনা মাসি মপুংফাবা ক্রিয়ানি।

মীতৈরোন্দদি মপুংফাদবা ক্রিয়াগী কর্ত্তা লৈবা য়াই হায়না নিংবা য়াই মাঠদি ঃ—ঐনা চৎলুবদা মা লৈরমদে অসিগুম্বা মফমদা বদা তারবনা চৎলুবদ হায়বা অসি রা লোইদবা ক্রিয়া ওইনা উরি অদুম ওইনমক মাসিগী কর্ত্তা ঐনা হায়বা অসিনি। অদুগা অওইবামক্তি ঐনা চৎলুই মতুদা মা লৈরমদে হায়বনি। মরম অদুনা মাসি মপুংফাবা ক্রিয়ানি।

## ক্রিয়াগী মতম।

মপুংফাবা ক্রিয়াগী থবক অদু করম্বা মতমদা পাংই হায়বা খংহনবা অদুবু ক্রিয়াগী মতম কৌই। ক্রিয়াগী মতম অসি মরুওইবদি মখল অহুম থোকপা য়াই। মাদুদি ঃ--ওইরিবা, ওইখ্রবা, ওইরক্কদবা। অহুম অসিগী অমমমবু (১) মহৌশানা ওইরিবা (২) হৌখ্রবদা ওইরিবা (৩) ইনখৎলকনা ওইরিবা, (৪) হোইশাংশিংনা ওইবিবা মখল মরি অসি থোকন অমুক খায়বা য়ারি।

( Verbal inflection. )

লোন অসিগী ক্রিয়া বিভক্তিদি য়ামনা মুন্না খংগদবনি। ধাতুদা অতোপ অতোপ্পা অর্থদা লাকপা অদুগী মখাদা ইরেন'চংবা ক্রিয়া বিভক্তি হাপলগা অতোপ অতোপ্পা মতম খংহল্লি অদুগা "মী" অমদদি শীজিন্নবা য়ারগা মা অমদা শীজিন্নবা য়াদবসু য়াননা য়াওই। মখাদা ইরেগী ( ক্রিয়া বিভক্তিগী ) মশক উংলি। শব্দ বিভক্তিবু "না পু" কৌবা গুমলহুনা ক্রিয়া বিভক্তিবুসু "ইরে" কৌবদা করিসু অকায়বা লৈরোই হায়না নিংই : মরম অসিনা অসিদগীদি ক্রিয়া বিভক্তি হায়রোই "ই রে" হায়না কৌরগনি।

"ই রে গী" মশক।

ওইরিবা Present tense.

মহৌশানা ওইরিবা Present Indefinite.

ঐ, নং, মা ই।

হৌখ্রবদগী ওইরিবা Present Perfect.

ঐ, নং, মা রে।

ইত্থংলকপা ওইরিবা Present Progressive

ঐ, নং, মা রি

হোইশাংশিংনা ওইরিবা Present Continuous.

ঐ, নং, মা রমই।

ওইখ্রবা Past Tense.

মহৌশানা ওইখ্রবা Past Indefinite.

ঐ, নং, মা ঈ।

হৌখ্রবদা ওইখ্রবা Past Perfect.

ঐ, নং, মা খ্রে।

হোইশাংশিংনা ওইখ্রবা Past Continuous.

ঐ, নং, মা রমঈ।

ওইদ্রিবা Future Tense.

মহৌশানা ওইদ্রিবা Future Indefinite.

ঐ কে, কনি।
নং কনি।
মা বনি।

হৌখ্রবদা ওইদ্রিবা Future Perfect.

ঐ খ্ৰিগনি।

নং, মা খ্রিগনি, রিগনি।

ইঙ্খ্ৰলকনা ওইদ্রিবা Future Progressive.

ঐ, নং, মা রমগনি।

হোইশাংশিংনা ওইদ্রিবা Future Continuous.

মা রমইগনি।

ওইদ্রিবা Future Tense.

য়াথংপিবা Affirmative Imperative.

| | অমা থংবা | ময়ামথংবা |
|---|---|---|
| ঐ | | শি। |
| নং | উ, ও বিশি | উ, ও [illegible]। |
| মা | শনু | শনু। |

খারা Negative Imperative.

| | | |
|---|---|---|
| ঐ | | |
| নং | কনু | কনু |
| মা | — | |

য়াদবা Negative Future.

(মথাদা য়েংগদবা ওই।)

ঐ, মা লোই।

Past and Present tenses ওইখ্রবা অমসুং ওইদ্রিবা; ক্রিয়াগী মমৈদা তে তাই (মথাদা য়েংগদবা ওই)।

ওইরিবা হংবা Present Interrogative.

নং, মা পগে

---

ইকাই খুমনবা ংকম, মী অসিদা বিশ ভই মাহুনি : —নো বরকশি, চাঙ্গী বিশি অনি িংবা।

হৌখ্রবা Past Interrogative.

ঐ পদাই, প্রা।
নং, মা পদাই, প্রা।

ওইদ্রিবা Future Interrogative.

ঐ বদ্রা।
নং কেগে, কদ্রা, কেরা।
মা বদ্রা।

ওইদ্রিবা য়াথং লৌবা।

ঐ অগে

ওইদ্রিবা ( চিংনবা )।

ঐ শিরা, শিগে

" ই-রে " গী থোইদোকপা য়ায়ম।

১। মথক্কী পথাপকী মতু ইন্না " ই-রে " গী ল, র নচিংবদি ওন্থোক ওনশিন য়াই।

২। মহৌশানা ওইরিবা " ই-রে " তাবা ক্রিয়াদি মমিংনা খংহনবগুমনা মনাং ওইনা থোকপা মফমদা শীজিন্নৈ মাদুদি ঃ— শৃংনানবা লিনশিংনা মপুকনা জ্‌ জ্‌ চৎই।

৩। ইকারনা লোম্বা য়াহৈদা লাকপা " ই-বে " গী ই মাংই।

৪। চমদবা ব্যঞ্জণ ময়েক্কী মখাদা লাকপা ইদি ঐকার ওই মাদুদি ঃ—হঙ্গৎচৈ, চামিন্নৈ।

৫। তগী কাংলুপনা লোম্বা য়াহৈদা ই-রেগী ই লাকপদা ল অমা লাকপনা নমই মাদুদি ঃ—পৃথিবী চৎলি।

৬। কাংলুপকী মডাশুবা ময়েকনা লোম্বা য়াহৈদা ই লাকপদা কাংলুপকী মডাশুবা ময়েক অদু অনি থোল্লবসু থোল্লি

মাত্থদি :— ঐ নিতিগী পুং ৮ তাবদা তুম্মি নত্রগা তুম ই, ময়েক অনি থোল্লি নত্রগা থোল-ই।

৭। ঐকায়না লোম্বা য়াহৈদা লাকপা ই মাংই মাত্থদি :— মা লাইরিক হৈ।

য়েংগদবা—ইয়ে হাপ্পা মতমদা পদান্তিক ক্রিয়াগী বা মাংই মাত্থদি :—ইব', ই, ইবে, ইরি অসিনচিংবা।

হৌখ্রবদা ওইরিবা।

মিংদা অসিনা মাসিদি ওইথোক্কবনি হাঙ্গনা তাবস্থু য়াই অত্থগা মাসিগী শীজিন্নফম থাঙ্গেশংবদি থবক অমা লোইবদা ওাইরিবা অত্থনত্রগা থবক অত্থ থোকখিবগী মতুংইন্না মহৈ অত্থদি হোজিক ফাওবা লৈরিবদা মতম অসি শীজিন্নে মাত্থদি :—কলম অমতা পীয়ু ওাইরে, নহানগী মথৈ নোংচুদববু ওবাংদগী চুয়ে লৌখোইবা য়ারগনি। খুদমশিং অসি মুন্না খন্দুনা য়েংলগা মমিং অসি করিস্থু কাঈদে হাঈবা উগনি মরমদি—ওাইয়ে হাঈবা য়াহৈ অসিনা হৌখ্রবা মতমদগী ওাইরকপনা হৌজিক ফাওবা ওাইরি হাঈবা খংহল্লি অমস্থং চুয়ে হাঈবা অসিনা হৌখ্রবা মতমদগী চুবনা মহৈদি হৌজিক ফাওবা চৎলি হাঈবা খংহল্লি। চৎখিবা অর্থদা ধাতুদা লাকপা খিগী মথাদা "ই-রে" গী রে হাপলগা খিগা তিন্নহুনা খ্রে তাই মাসি হৌখ্রবদা ওইখ্রবগী খ্রে নওে হাঈবা মুন্না খংগনি। খুদম :— নংগী তাদ চাক চাখ্রে হাঈবদি নংগী তাদ চাক চাহুনা চৎখি হাঈবনি।

ইঙ্খৎক্নকনা ওইরিবা—থবক অত্থনা থোক্কুনা লৈরিঙৈদা মতম অসি শীজিন্নে মাত্থদি :—ঐ হৌজিক্তি চাক চারি হোয়েন ওাইহক লৈয়গা লাকউ অসিনচিংবা। হোইশাংশিৎনা ওইখ্রিবা—হৌখ্রবা মতমদগী থোকপা থবকনা হৌজিক ফাওবা লেপ্তনা থোকলিবা

মফমদা মতম অসি শীজিন্নে মাতুদি ঃ—ঐ ফমলম্মি হাঙ্গবগী অর্থদি ঐনা ফম্বা হৌগৎপদি হৌখ্রবা মতমদগীনি অহ্না হৌজিক ফওবা ফমতুনা লৈরম্মি হাঙ্গবা থংহল্লি।

## হোখ্রবা Past tense.

মহৌশানা ওইখ্রবা—থবক্তি হৌখ্রবা মতমদা থোকখবা অমস্তুং মাতুগী মহৈ অসিনি হাঙ্গবা খন্নদবা মফমদা মতম অসি শীজিন্নে মাতুদিঃ—ঙরাং নুমিদাং নোং তাঙ্গ। ঐহোখাই নগাল অযুক তল চাঙ্গ অসিনচিংবা।

য়েংগদবঃ—চৎপনচিংবা ক্রিয়াদা ই লাবলবদি মথক্কী মতুংইন্না লিস্নু ওই মবম অতুনা ঐ চৎলি দি অর্থগী মতুংইন্না মহৌশানা ওইরিবা অমস্তুং ইস্কৎলকনা ওইবিবা অনিমক থংগল্লি অতুগা ঐস্নু ঙরাং চৎলী হাঙ্গরবদি মহৌশানা ওইখ্রবা থংহল্লি।

হৌখ্রবদা ওইখ্রবা -থবক অমা হৌখ্রবা মতম অমগী মমাংদা থোকলবদি মতম অসি শীজিন্নে। মাতুদিঃ—নহাকনা মপাল থোকখ্রিঙৈদা তোম্বা পাবা হাঙ্গখ্রে, মফম অসিদা নংনা মপান্দগী চংলকখ্রিঙৈদা হাঙ্গবা হৌখ্রবা মতম অসিগী মমাংদা পাবা হাঙ্গবা অসি থোকখিবগী মরমনা মতম অসি শীজিন্নে।

থবক অমা মমাংঙৈদা থোকখ্রবা মাংগী অফকতুবা মহৈদ হৌজিক কাউখ্রবা মফমদা মতম অসি শীজিন্নে মাতুদি ঃ—ঐ কলকত্তাদা লৈবিঙৈদা নাচপতি অমুক চাখ্রে, রামথোইগী মযুমদা ঐস্নু অমুক চৎখ্রে অতুবু হোজিক্তি তপতাবা মফমদি কাউখ্রে।

## ওইদ্রিবা Future Tense.

মীতৈ লোনগী য়ামনা য়েৎনবা ক্রিয়াদি হোজিক্তা ফাওরকই, মথক্কী "ইরে" শিং অসি মী অমস্তুং মশীং থেন্নবগী মতুংইন্না

করিখোইদোকপা ওন্দে, মথাগী ইরেশিং অসিদি অনি অসি হোংবগী মতুংইন্না ওনবা য়াগে।

অহানবা মীদা কে, কনি অনিমক তবায়াই অতুগা অনি অসিগী থেন্নবা অর্থ লৈরি। কনিনা অনিশুবা অহুমশুবা পুরুষদা শীসিজিন্নে। রিপোর্টেড স্পিচ হাঙ্গবদি অমনা হাঙ্গখিবা ৱা তম্বা মতমদা মীঅমৈদগী কেতাবা য়াই মদি:—মাগাক লাক্কে হাঙ্গরকই, নং চাকচাগে হাঙ্গবদাই?

কনিগী অর্থদি কেনি হাঙ্গবনি মরম অতুনা ঐ চংক হাঙ্গববুদি ঐ চৎকনি হাঙ্গবনা অর্থ কনশিনবা হেত্রি। কে হাপ্লা ক্রিয়াদি কনা অতুনা ক্রিয়া অতু থবক অতু মপুকনা তৌনিংই হাঙ্গবনি অতুগা থবক মতানা করি থোকলগবদি খংদে; ঐগী পুকনিগী ৱা ঐনা খংবা হৌনবনিনা ঐ লাক্ক হাঙ্গবা য়াই অতুগা মীগী মপুক্তি ঐনা খংবা ঙমদবনিনা ঐনা ৱাঙংবা মতমদা নং লাক্কে মা লাক্কে হাঙ্গবা য়াদবনি। মথক্কী মরম অসিমকনা রিপোর্টেড স্পীচ ওইরবদি মা লাক্কে হাঙ্গরকই হাঙ্গবা য়াই হাঙ্গবনি। খুদম অতৈ "সনাতোন যাম্মা অৱাগা উনরুগে নং তেঙ্গাল ঙাক্কুনা লৈরম উ"। "নমুবী যিরোই লোইনা হাৎকনি" অসিনাচিংবগী হৌখ্রবদা ওইদ্রিবা মতম অসি মশানা ওইবা য়াবা অর্থ অমা পক্কুনা লৈ হাঙ্গবদি থবক অমা মমাংদৈদা থোকখ্রবা অত ওইরমগনি হাঙ্গনা শাংনা হাঙ্গবনি। নং চাক চাররিগনি হাঙ্গবদি নং চাক চাবগী থবক অতু তৌরে হাঙ্গনা নিংই হাঙ্গবনি *।

ইতোমদনা হাম্না তৌখ্রবা থবক অতু ওইরমগনি হাঙ্গনা শাবদি হৌনদবনা অহানবা মীদা।

---

* Vide. Nesfield's English Grammar Series Book IV. Page 179 Article 378 and notes theron.

খুদম অসি শীজিন্নদে অতুগা থ্ৱরিগনি হাঙ্গৈবদি শীজিন্নৈ মৱমদি মতম কুইনা হৌখ্রবা অমস্তুং কাউদি কাউখ্রবা তৌৱিগনি হাঙ্গৈনদি নিংবা খংহল্লি মৱম অসিনা অহানবা মীদা মাসি শীজিন্নবা য়ারবনি। খুদমদি—ঐ হৈ অসি চাখ্ৱরিগনি হাঙ্গৈবগী অর্থদি ঐ হৈ অসি চাখ্রমাল্লে হাঙ্গৈনা নিংই অতুগা থাঙ্গৈশেংবমক্তি কাওয়ে। অদুগা নংনা য়েংবদদি ঐ লেংলবিগনি হাঙ্গৈদি য়াই।

ইঙ্খৎলকনা ওইদ্রিবা—মতম অ'সদি তৌদুনা লৈরম্বা অমস্তু, ওইবা য়াবা অর্থ অনি অসি থোকনা খংহল্লি ; অহানবা মীদদি তৌদুনা লৈরম্বা খংহল্লি মাতুদি—নংনা লাকপদা ঐ চাক চারম-গনি। অহুমশুবা মীদদি তৌদুনা লৈরম্বা য়াই হাঙ্গৈবা খংহল্লি মাতুদি—ঐখোইনা চংখিবদা মা চাক চারমগনি, হাঙ্গৈবদি চাদুনা লৈরম্বা য়াই হাঙ্গৈবনি, নং ওসি শোঙ্গৈদনা চাক চারমগনি হাঙ্গৈবদি চারম্বা য়াই হাঙ্গৈবনি।

হোইশাংশিংনা ওইদ্রিবা মতম অসিস্তু ওইবা য়াবা অর্থ খংহল্লি নংনা চংখিবদা মা চাক চারম্মিগনি হাঙ্গৈবদি চাক চাদুনা লৈরম্বা য়াই হাঙ্গৈবা খংহল্লি। মতম অ'সদদি লাকপদা অতু নত্রগা চংখিবদা তৌদুনা লৈরম্বা য়াই হাঙ্গৈবা খংহল্লি।

য়াথং পীবা থৌদবা খংহনবদা মীতৈলোন্দা অহানবা মীগী অমা খংহনবগী ইবে লৈতে, ময়াম খংহনবদা শিতাই। অনিশুবা মীদা ও তাই ও অসি মখাগী পগাপকী মতুংইন্না ময়েক ওন্থোকই অতুনত্রগা পোকথোকই। ক বর্গগী অমস্তুং প বর্গগী মখাদা লাকপা ওদি উ ওইবনা নমই, ইকারগী মখাদা লাকপা ওনা য়ু ওই, ত বর্গ মখাদা লাকপা ওদি লু নত্রগা লো ওই, ঐকারগী

মখাদা লাকপা ওদি রো ওই নত্রগা ও মাংই ; অকারন্ত হাঈবদি চমদবা ব্যঞ্জন ময়েক্কী মখাদা লাকপা ও'দ ঐকার ওই ; লাক ধাতুদা থাবা ৎগী মথক্কী ক মাংই খুদমদি তাকউ, হাপউ, হাঈয়ু, চৎলু, চৎলো, তৌ, তৌমো, শিজিন্নৌ, পীজৌ, লাও অসিনচিংবা। খিগী মখাদা ও লাকলবদি ইকার মাংই মাতুদি হাঈখো।

লাকউ, লাও, চাও, চারা. ইয়ু, ইয়ো, অসিনচিংবা ব্লাহৈ জোড়া অনি অনিগী অর্থ খেন্নবদি মথক্কী কাংলুপপুদি মখাগী কাং-কাংলুপনা থুজিনবা হেল্লি হাঈবদি লাকউ হাঈরগা হুরেন হয়েং লাকপা য়াই অদুগা হুজিকমখ লাকহনগে হাঈরবদি থুরকউ লাও হাঈগনি থুরকউ লাকউ হাঈনদে।

খাম্বা মীতৈ লোন্দদি ইতোমদবু ইতোমদনা খামজবা অসি হাঈদোকনবা ইরে মওং লৈতে পুকনিং ব্লারকচবা অমস্তুং পুকনিং লেপ্পগী মওংদি লৈ। অহুনশুবা মাবম্তু মশক উদনা খাম্বা ঙমদ-বনিনা মওং লৈতে, অদুগা মা চংফদে অসিনচিংবদি হাঈনৈ। ওইদ্রিবা য়াদবা অগানবা মীদা য়াদবদা রোই তাই লোই অনি পুকনিং ব্লারকপা অমস্তুং পুকনিং লেপ্পনি। অদুগা মহোশাগী ক্রিয়া মওংদা তে হাপ্লগা অতোপ হতোপ্পা মতমগী অমস্তুং মীগী য়াদবা থংহনবা ক্রিয়া শেমই মাতুদি :—ঐচৎতে, মা চৎলুদে, নং করিস্তু হাঈরক্কে।

ওইদ্রিবা খংহনবা ক্রিয়াগী য়াদবা মওংদি তে হাপ্পে, ওই তাই মাতুদি :—ঐ রা অমতা হাঈরোই, মা ঙসি লাকওই অসিনচিংবা।

ওইদ্রিবা হংবা—ওইদ্রিবা খংহনবা ইরেগী খুদম কেদা বা অমস্তুং দ্রা হাপ্লগা মওং অসি ওই, কনিগী মখাদদি হংবা খংহনবা রা হাপ্লগা কদোঙৈদস্তু মওং অসি শেম্বা য়াদে, মরমদি মথক্কনা

হাঙ্গখ্রে কনিদি শোঙ্গদবা খংহনবা মওংনি, অহংবা ঐনা শোঙ্গদবা খংলবদা অমুক মী অমদা হংবগী করিস্সু কান্নফম লৈতে। ঐ চাক চাগনিরা মা তুমগনিরা অসিনচিংবা অসি কদৌদৈদস্সু চংনদে।

অহানবা অমসুং অহুম শুবা মীদা কেরা হাঙ্গনদে কদ্রা হাপকনি। অনিশুবা মীদদি কদ্রা কেরা অনিমক শীজিন্নৈ; অনি অসিগী অর্থ খেন্নবা খর লৈ; কদ্রা হাপ্লগা তুংদা ওইগদবা থবক অত থোক্কনি থোকওই হাঙ্গবা চুমনা হংবতনি অদুগা কেরানা হংলিবা মী অদুবু থবক অদু তৌবা মথরইনা পামবা হংবনি। মরম অসিনা নং হুরেন লাক্কদ্রা হাঙ্গবদি নং হুরেন লাক্কনি লাকওই হাঙ্গবা তাকউ হাঙ্গবনি অদুগা নং হুরেন লাক্কেরা হাঙ্গবদি নং হুরেন লাকনিংগদ্রা হংবনি। কনাগুম্বা চান্নবা মরুপ অমনা নুতিগী লাকই হাঙ্গবা খংবা মরুপ অমদা মাহাক হয়েং লাক্কনি লাকওই খংনিবা মতমদা নং হয়েং লাক্কদ্রা হাঙ্গনা হংনৈ। হয়েং লাক্কেরা হাঙ্গনদে মরমদি লাকপদি মরুপ অদুগী শিনশাংনিনা মপুকনা লানিংগনি হাঙ্গবদি অমতুস্সু খংই ঙম্বা ঙমদবতগী ৱাহন। খুদম অতৈ অতৈ নং হয়েং লাইব্রিক তম্বা বারক্কদ্রা? ঐগী নহানগী লাইব্রিক অদু হয়েং পুরক্কেরা? নং হুরেন স্কুলদা ঙাই-হক্কং লাক্কেরা? ঙসি মঙানি লৈরগা ঐগী লাইব্রিক পীগদ্রা?

অনিশুবা মীদা কেগেস্সু হাই মতুদি:—কদাইদা চংকগে?

হংবা খংহনবা ওইরিবা—মতম অসিদা তাবা পগে অমসুং পা অনিক্কী খেন্নবদি মথাগী খুদমশিং অসি উরগা খংগনি ঐনা লাকস্সু হাঙ্গবমক্তদা করিগী লাকপগে? মা মুতিখুদিংগী কদাইদা

চৎপগে? নং কদাইদা চৎলিবগে? ফি অসি কয়া পীবগে? নং মুতিগী ইরুজত্রা? মাহাক লাইরিক হৈত্রা? মরম অসিনা করিমরমনা হাঙ্গিবদা পগে তাই অত্থুগা চুমনা হংবদা পা তাই।

য়াথং লৌবা—থবক অমা ঐবু তৌহনবিয়ু হাঙ্গনা অতোপ্পা মী অমদা হাঙ্গজবা মতমদা অহানবা ৌদা লগে হাপই মাত্থুদ: ননাই ঐ চংচরগে, লাকলগে।

ইতোমদা অত্থু নত্রগা ঐগী ওইবা মগা ঐ মাসি শৌত্রা তৌরাইত্রা তান্নবা মতমদা ওইদ্রিবদা শিন্না তাই মাত্থুদি: ঐবু ওসি চাক চাশিবা? ইপু ওসি লান চংশিন? য়েংগদবা ইতোমদা তান্নবা মতমদা কর্ত্তাদা বু তাই।

ফুম্বনবা থংহনবা মফমদা অহানবা মুপাগী শিগে তাই মাত্থুদি: "ইপু মোইরাংগী মমাদা মুপীমচা অনি অসি করমনা পুশিনখিশিগে।" "সনা ইবথা ওসি ইপু ইনাইব কবি খুজিন তৌত্থনা চেংশিগে?" অসিন চবা।

য়েংগদব থক্তা হাঙ্গিথিবা ক্রিয়াশিং অসি মথাদা বা ফমলগা অতোপ্পা ৱাহৈ হাঙ্গিবদি বিশেষ্য, বিশেষণনচিবা ওইনা শীজিন্নবা অত্থু নত্রগা হান্নগী ইবে অত্থুগী মথক্তা অতোপ্পা ইরে অমা অমুক তাবা য়াই, অমসুং অসিগুম্বা মফমদা হান্নগী ইবেগী অরোইবা স্বর মাংখিত্থনা অকারান্ত ওইহেই মাত্থুদি:—মানা হাঙ্গিরবনি। ঐনা হাঙ্গিবা নংসু তাবদাই, মফম অসিদা হাঙ্গিকবে হাঙ্গিবা ক্রিয়াদা বা হাপ্পুনা বিশেষ্য ওইহল্লে অমসুং তাবে হাঙ্গিবা ক্রিয়াদা বদাই হাপ্পুনা অহংবা থংহনবা ক্রিয়া অমুক ওওরে। থেম্বা থংহনবা ওইদ্রিবা মতম—অনিশুবা অমসুং অহুমশুবা মীগী য়াথংপীবা ক্রিয়াদা গবা হাপলগা অনিশুবা মীগী পেম্বা থংহনবা ক্রিয়া শেমই মাত্থুদি: লুপা অমতসু পীয়ুগবা, মা চংখিশনুগবা অসিনচিংবা। য়ামনা

চান্নবা মীগা ভাংনবা মফমদা মসিং অসি শীজিন্নে। ইখাইথুমনবা অমস্তুং ইথকথোংবা মীদা মসিং অসি শীজিন্নদে মবমদি ইকাইখুমনবা মীনচিংবদা ঐনা থেম্বদি চথোন নত্ত। অতৈ কবিস্থু নত্তে।

ধাতুগী মসিং।

চা ধাতু।

ওইবিবা।

| | |
|---|---|
| ঐ, ন, মা | চাই মহৌশানা ওইবিবা। |
| ,, ,, ,, | চাখে হৌখ্রবদা ওইবিবা। |
| ,, ,, ,, | চাবি ইঙ্গাংলকনা ওইবিবা। |
| ,, ,, ,, | চাবমই হৌইশাংশিংনা ওইবিবা। |

হৌখ্রবা।

| | |
|---|---|
| ঐ, নং, মা | চাঈ মহৌশানা হৌখ্রবা। |
| ,, ,, ,, | চাখ্রে হৌখ্রবদা ওইখ্রবা। |
| ,, ,, ,, | চাবমঈ হৌইশাংশিংনা হৌখ্রবা |

ওইদ্রিবা।

| | | |
|---|---|---|
| ঐ | চাগে, চাগনি | মহৌশানা ওইদ্রিবা |
| নং | চাগনি | মহৌশানা ওইদ্রিবা |
| মা | চাগনি মহৌশানা ওইদ্রিবা। | |
| ঐ | চাখ্রিগনি | হৌখ্রবদা ওইদ্রিবা। |
| নং, মা | চাখ্রিগনি, চাখ্রিগনি | হৌখ্রবদা ওইদ্রিবা। |
| ঐ, নং, মা | চাবমগনি ইনখৎলকনা ওইদ্রিবা। | |
| ঐ, নং, মা | চাবমইগনি হৌইশাংশিংনা ওইদ্রিবা | |

য়াথংপিবা।

| | | |
|---|---|---|
| ঐখোই | চাশি | |
| নং | চাও | ওইদ্রিবা। |
| মা | চাশন্নু | |

থাম্বা

| | |
|---|---|
| নং | চাগন্নু |

য়াদবা।

ওইরিবা ( মথক্তা য়েংগদবা ওই )।

| | | |
|---|---|---|
| ঐ, নং, মা | চাদে। | |
| ঐ, মা | চারোই | ওইদ্রিবা। |

হংবা।

| | | |
|---|---|---|
| নং, মা | চাবগে, চাব্রা | ওইরিবা। |
| ঐ, | চাবদাই | হৌখ্রবা। |
| নং, মা | চাবদাই, চারব্রা | |
| ঐ | চাগদ্রা | ওইদ্রিবা। |
| নং | চাগগে, চাগদ্রা, চাগেরা | |
| মা | চাগদ্রা | |

য়াথং লৌবা।

| | |
|---|---|
| ঐ | চাবগে ওইরিবা। |

## চিংনবা খংহনবা।

| ঐ | চাশিরা. চাশিগে, চাশিবনো | ওইদ্রিবা। |
|---|---|---|

## থেম্বা।

| | | |
|---|---|---|
| নং | চাওগবা | ওইদ্রিবা। |
| মা | চাশন্নুগবা | |

মথক্তা ইরিবা মওংশিং অসি অতমননা ময়াম খংহনবা মওং ইবা মফম য়াওবা তত্নদদি মও অত্নুনা ময়াম খংহনবদসু শীজিন্নবা য়াই হাঙ্গবা খংগনি।

ইংরাজিগা চাননা তম্বা মীগী ম.ত পাংনবা মফম অসিদা Subjunctive mood কী রা খরসু হাঙ্গনিংই

লোন অসিগী Subjunctive mood তি বাঙ্গালানচিংবা লোনগুমনা ওইবিবা অমসুং ওইখ্রবা মতম অনি হসিতদা ওই, মহৌশানা ওইরিবা অমসুং ওইখ্রবা, অত্নুগা ইনখৎলকনা ওইরিবা মওং অত্নুম অসিদি Subjunctive mood শেম্বা য়াদে, মবম অসিনা মাখোই অত্নুম অসি নত্তবা মওংদা বদি হাপলগা Subjunctive mood থোক্কনি অমসুং বদি হাপলমদাইদা ক্রিয়াগী অংোম্বা অকাব নত্তবা স্বর অত্নু অকাা ওইগনি। মত্নুদি: পৃথিবী চৎলবদি মফম অসিদা চৎলি+বদিনা থোকখিবনি। কনি মবমনা মতম অতৈদা বদি হাপ্পুবগে হাঙ্গবা অত্নু লাইবিক অসিদা ইরবোই, লাইরিক পংচাউ চাউখ্রগনি; তত্নুগা Subjunctive Mood কী অর্থগা োঙ্গননা মুন্না রাখল তৌবা মীদি লোন অসিগী পথাপ অসি অসুপকী মখৈ নিংথিজে হাঙ্গবা ইরাই লাইনা খংগনি।

মরীথোকপা খংহনবা অহুমশুবা মীগী বিশেষ্যগী মথক্তা ই হাপলবদি ক্রিয়াস্থ অহানবা মীগী ক্রিয়া শীজিন্নে মাহুদিঃ—হোয়েল ইপা লাক্কে অসিনচিংবা।

মওংশুদবা ক্রিয়া।

নি অসি মওংশুদবা ক্রিয়ানি অর্থদি ওই হাঙ্গবা খংহল্লি। নে, নো অনি অসি নিদগী থোকখিবা মওংনি। নি অমস্থং মাসিদগী থোকপা মওংশিং অসি ওইরিবা মতমদা শীজিন্নে। নিগী খুদমদি অতোপ্পা ৱানা অমুক তাক্তবস্থ মতাং অসিদা শীজিন্নরিবা নিশিং অসি উরগা খংগনি হাঙ্গনা নিংই।

খোম্ফম খর কন্না অমস্থং থাংনা হাঙ্গবা মতমদা নে শীজিন্নে মাহুদিঃ—ঐনে, মানে, মানা লৌখ্রবনে অসিনচিংবা।

হংবদা নো হাপই মাহুদিঃ—কনানো, করিনো, কদাইদগী লাকপনো অসিনচিংবা।

নিগী য়াদবা খংহনবা মওংদি নত্তেনি মাসিস্থ ওইরিবা মতমদদা শীজিন্নে মাহুদিঃ— মানা ওরাং পুখিবা অহু ঐগী লাইরিক নত্তে মফম অসিদা ডরাং হাঙ্গবা ৱাহৈ অসি য়াওবনা হৌখ্রবা মতম ওইনা নিংবস্থ য়াই অহুগা নত্তে হাঙ্গবা অসিদি হৌখিবা মতম নত্তে করিনা নত্তেগী অর্থদি ওইদে হাঙ্গবনি।

মানি হাঙ্গবা ক্রিয়া অসিস্থ ওইরিবা মতমদদা শীজিন্নে মাসিগী কর্ত্তাদি মতমলৈবা থিবিক্তা ফোংদোক্তে। হংবদা মাল্লা হাঙ্গনৈ। মাসিগী অর্থদি মা (মাহাক) নি হাঙ্গবনি, অস্থম তৌহুনা মাল্লাস্থ মা (মাহাক) লা হাঙ্গবনি। মাহুদিঃ—নংবু তাদনা লাকউ হাঙ্গরম্রা? মানিদা ঐ ইকাউ হেক কাউথোকলে। লাইরিক অসি নংগী ওইরিগনি হাঙ্গনা নিংই, মাল্লা?

লোন অরিবদদি মাহাকনি হাঙৈবা ৱাহৈ অসি মানিগী অর্থদা শীজিন্নৈ। মাতুদি ঃ—মাহাকনিদো খম্বা নপা পুরেম্বনা পোকই হাঙৈবা চোগ্লেদো অসিনচিংবা।

ক্রিয়া বিশেষণ।

মীতৈয়োনগী ক্রিয়া বিশেষণদি মখাগী মখল অসি থোকনা খাঙৈবা য়াই ঃ--

(১) মতম খংহনবা—থাইনা, অতুঙৈ, মমাংঙৈদা, অতুঙৈদা, হাকুম, নোংমৈ, কুমশি, চন্দকমরক, অহুক, মরক মরক্তা, তোঙৈনা, তকনা, ইতত্তকনা, হৌজিক, হোবেন, নহান, ঙসি, ঙরাং, হয়েং, হংচিৎ, মশেম, ময়ৌ, মকাপ, থুনা, থৗন্না, তপনা, মুংশাংনা অসিনচিংবা।

বদা, ঙৈদা অনি অসি ক্রিয়াদা হাপলগা ক্রিয়া অতুনা থোকপা মতমদা হাঙৈবা অর্থ খংহল্লি অমম্তুং ক্রিয়াদা মাসি পল্লবা রা অতু নত্ত্রগা ৱাগী শরুক অতু ক্রিয়া বিশেষণগী থবক তৌই। মাতুদি ঃ— শ্রীযুৎনা শিলং লেঙৈদা তাকপিরমঙৈ। ঐনা হাঙৈরুবদা য়াবিরে।

(১ ক) ক্রিয়াদা বনিনা হাপলগা মরম অতুনা হাঙৈবা অর্থ খংহল্লি মাসি ক্রিয়া বিশেষণনি। মাতুদি ঃ—মানা লাউ হাঙৈরকপনিনা ঐ ঙসি চত্তবা য়াদে।

(২) চাং খংহনবা—য়ামনা, কন্না, অমুপ, অতুপ, মাতুপ অসিনচিংবা।

অতু, মাতু, অসি, মাসি সর্ব্বনাম মরি অসিদা প নত্ত্রগা ক হাপলগা অতুনচিংবগী চাং হাঙৈবগী অর্থ খংহনবদা ক্রিয়া বিশেষণ

ওই ; অসি, মাসিগী মফমদা অস্নু, মাস্নু ওই মাতুদি :—অস্নুপ ওক্তবা মী ঐ পোকভৈদগী উদ্রি, মাস্নুপ পাকপা উপাক অমতং লৈরবদি ঐগী থবক পাঙগনি। অতুকতি ঙাইহাক হাঙবগী অর্থদস্নু শীজিন্নে। মাতুদি :— নং হোন্নেল অতুক লাউ। মফম অসিদা মতম খংহল্লে।

( ৩ ) মতৌ খংহনবা -হাইফেং, হাইরপ, নিংথিনা, নুংঙাইনা, ফজনা অসিনচিংবা। অতুম, অস্নুম, অতুগুমনা, অস্নুমনা, মাখোই অসি সর্ব্বনামদগী থোকপনি।

কালুপ অসিগী ক্রিয়া বিশেষণদি ধাতুদা না হাপলগা ধাতু অতুগী ক্রিয়াগী অর্থগী মতৌগুমনা হাঙবা খংগল্লি। মাতুদি :— ঐ চৎনা চংনা তাক্কে, মফম অসিদা চৎনা চংনা হাঙবা অসি ক্রিয়া বিশেষণগী অর্থ খংহল্লি।

( ৪ ) মফম খংহনবা— আদা, অসিদা, মাসিদা, অতুদা, অশোমদা অদোমদা অসিনচিংবা।

মফম খংহনবা ক্রিয়া বিশেষণদি সর্ব্বণামদা তরেৎশুবা না-পুগী খুদম দা অতু নব্রগা রোমদা হাপলগা শেম্বনা নমই অতুগা রোমদা হাপ্পদা অসি, অতু, মাতুগী অবোম্বা স্বব মাংই অমস্নুং রোমগী রস্নু মাংই ; কদাইদা রোম হাপ্পা মতমদা মমৈগী আই হৌথি। মাতুদি :— অদোমদা, মাদোমদা, অসোমদা, কদোমদা।

মীতৈরোনগী ক্রিয়া বিশেষণগী চাং খাঙবা ( হাঙবদি Comparision ) লৈতে। হেঙ্গৎপা খংহনগে হাঙবা মতমদা য়ামনা, থোইনা, হাকনা নচিংবা ক্রিয়া বিশেষণ অমা অমুক মথক্তা হাপচিল্লি। মাতুদি :—হাকনা নিংথিজৈ।

## অব্যয়।

মীতৈখোনগী চৎনবা অব্যয় খন্না মখাদা ইবি, মাখোই অসিগী শীজিন্নফম মীতৈখোন্দা অমুক তাক্কদৌবগী হোৎনবদি অসেম্বা পোৎনি। অহুম ওইনমক মাসি পুমহুন হুন্দোকলবসু ব্যাকরণগী মথৌ ব্বাৎলম্বা থোকলগনি মনম অহুনা খবদি ইদবা য়াদে।

সু, সুং, অমসুং, নে, গা, ও মাখোই অসি বাহৈ নত্ত্রগা ব্বা অমগা অমগা তাইনহনবনি। মাহুদি ঃ—নামসু ঐসু লাক্কনি, চাকসু চাবোই স্কুলসু কাবোই, ঐ নাহুনা লৈবে অমসুং থম্বাই খবসু ব্বারে। মানে তাদনে লাকগিন্নগনি, মাগা ঐগা অমুক্কুসু খৎনদ্রি, চাকও যেঙ্কাংও নিতিগী হুন্দোকই।

নত্ত্রগা,—মাসি ব্বাহৈ নত্ত্রগা ব্বা খাইদোকনবা খংহল্লি। অ', হোয়, অহোয়, আজ্ঞা—মাখোই অসি য়াবা খংহনবা অব্যয়নি, অং, হোয়না ইমান্নবা অমসুং ইথাপোনবদা শীজিন্নে অহোযদি ইকাইখুমনবা খংহল্লি, আজ্ঞানা অচৌবা মীদা খুম্বা মতমদা শীজিন্নে।

অচাঃ, ছিঃ, হেবাঃ—মাখোই অসিদি হঙ্গোইবা অমসুং য়াদবা খংহনবা অব্যয়নি। মাহুদি ঃ—অচাঃ নংনা ঙসি পুন্নকইবা পোং অসিদি কবিনো, ছিঃ ওন্থোকনা পামদবা ব্বা হাঙ্গিবেদা, হেবা ঐঙোন্দা মাসিগুম্বা ব্বা হাঙ্গিবিন্নগনুদা।

হৈমা, ইহে, এঃ—মাখাই অসি অঙকপা খংহনবা অব্যয়নি। হৈমা, লিল্লা করিনো অসিদ! ইহে, ঐগী লাইরিক তাহোন্নে, এঃ, মমমেদা!

ও, হোও, বু কৌবদা শীজিন্নবা অব্যয়নি। মাহুদি ঃ—পারিও হৌদোংও, হেও চাওবা লাকও। হোও অসি অথাপ্পদা লৈবা কৌবা

শীজিন্নে অতুগা ইৰাইখুমনবা অমস্তুং হঙ্গোইনবা মী কৌবা মতমদদি ৰক হাপনদে। মনাক্তা লৈবা ইকাইখুমনবদা বু হাপনৈ, তাদবু লাৰপিয়ু।

হাও—খুম্বদা শীজিন্নবা অব্যয়নি মাসিস্তু মথকথোংবদা হাঙ্গনদে।

শে—অককপা পোৎশক অমা তাৰপা অব্যয়নি। শে লুপা অসি অমতা নংগী তাদদা পীয়ু।

গবা, বা. কো--থেম্ব খংহনবা অব্যয়নি। মাদুদি : হাঙ্গয়ুগবা তাকউবা. হোরেন লাকউকো।

অপিকপা মঙ ( Diminitive forms. )

বিশেষ্যদা নাও তাৱগা অপিকপা মঙং খংহনবা য়াওই। মাদুদি :—ষন্নাও, য়োংনাও, হুইনাও, পন্নাও. শিংনাও অসিনচিংবা।

শোই তাৱবস্তু অপিকপা মঙং খংহল্লি। মাদুদি :—উশোই, শগোলশোই, লৈশাবীশোই অসিনচিংবা।

মচা হাপলবস্তু অপিকপা মঙং খংনৈ। মাদুদি :—অঙাংমচা, ম্নুপীমচা, লৈশাবীমচা অসিনচিংবা। মফম অসিদা মচা অসিগী অর্থ পোকচবা হাঙ্গবা নত্তে মরমদি অঙাংমচা হাঙ্গবদা অঙাংগী মচা লৈবা হৌনদে। মশানা নাও তাৱবস্তু মচা অমুক হাপলগা থোইনা পিকপা খংহল্লি। মাদুদি :—য়োংনাওমচা, ষন্নাওমচা, হুইনাওমচা অসিনচিংবা।

# পন্দুপ মাপলগুবা।

## হাঙ্গগদবা অমসুং হাঙ্গনিঙাই।

লোনদি ৱাখন ফোংদোকপনি মরম অতুনা ৱা পুমনমক শরুক অনিথোকনা খাঙ্গনি। মাতুদি ঃ— হাঙ্গগদবা অমসুং হাঙ্গনিঙাই। মীনা কনিগুম্বা অমগী মরমদা কনিগুম্বা ৱাখল অমা তৌরিবা অতুবু হাঙ্গগদবা ( Subject ) অমসুং মাসিগী মরমদা কনিগুম্বা অমা খল্লিবা অতুবু হাঙ্গনিঙাই ( Predicate ) কৌই। মাতুদি ঃ— রামগুম্বা নিংথৌ লৈতে, মফম অসিদা ঐখোইনা রামগুম্বা নিংথৌগী মরমদা কনিগুম্বা ৱাখল অমা হাঙ্গবদি লৈ লৈতে খল্লি মরম অসিনা রামগুম্বা নিংথৌনা হাঙ্গগদবনি অতুগা রামগুম্বা নিংথৌগী ৱাখল-দগী লৈতে খবা চমলি মরম অসিনা মাসিনা হাঙ্গনিঙাইনি। ৱাখল পুমনমক্কী শরুক অনি অসি লৈতবা য়াদবনা ৱা পুমনমক্কী শরুক অনি অসি লৈতবা য়াদে মরম অতুনা ব্যাকরণগী ৱাহৈদা কর্ত্তা অমগী মপুংফাবা ক্রিয়া অমা লৈতবা য়াদে হাঙ্গবনি। পথাপ অসি হেক বাঙ্গবগা ৱাখল অতু কদৌইদসু মপুংফাবা য়াদ্রে।

হাঙ্গগদবা অমসুং হাঙ্গনিঙাই অনিমক ৱাহৈ অমমমতনা ওই-বসু য়াই মাতুদগী হেনবনা ওইবসু য়াই। মাতুদি ঃ— রামগুম্বা নিংথৌ লৈতে খুদম অসিদা হাঙ্গগদবা শরুক্কী ৱাহৈ অনি অমসুং হাঙ্গনিঙাইগী শরুক্কী ৱাহৈ অমতা লৈ হাঙ্গবা উরে অতুগুমতুনা রাম সীতাগা লোঙ্গননা বনদা চংখ্রে মফম অসিদা হাঙ্গগদবা শরুকতদি ৱাহৈ অমতমক লৈ অতুগা অতৈদি হাঙ্গ-নিঙাইগী শরুক ঙাক্তনি অতুগা ঐ চংলি, মফম অসিদদি হাঙ্গগদবসু হাঙ্গনিঙাইসু ৱাহৈ অমমমতনি।

ৱা পুমনমক মথল অহুমথোকনা খাঙ্গদোকপা য়াই (১) অচম্বা (২) য়ানশিন্নবা (৩) পূনশিনবা। ৱা অমগী মশাদা কর্ত্তা অমতা ঙাইবা মৱম অতুনা ক্রিয়াস্মু অমতা মঙাঙ্গববু অচম্বা ৱা কৌই। মাতুদিঃ— চাক চায়ে, মা ঙাং লৱাঙ্গ চৎলুদে অসিনচিংবা।

ৱা অমগী হাঙ্গগদবা অমস্মুং হাঙ্গনিঙাইগী মতৌ ফোংদোকনবা হোৎনবদা ৱা অ'ত অমা পোকথরকপা য়াওবা ৱা অতুবু য়ানশিন্নবা ৱা কৌই। মাতুদিঃ— থম্বাল অঙাংবা য়ামনা শাৎলিবা পুৱী অসি ঙাদি য়ামনা লৈতে=থম্বাল অঙাংবা য়ামনা শাৎলি (অতুগুম্বা) পুৱী অসি ঙাদি য়ামনা লৈতে। মফম অসিদা থম্বাল অঙাংবা য়ামনা শাৎলি ৱা অসিনা মপুং ওইবা ৱা পুৱী অসি ঙাদি য়ামনা লৈতেনা হাঙ্গগদবা পুৱীগী মতৌ ফোংদোকই মথম অতুনা মাসি য়ানশন্নবা ৱানি।

অমদগী হেনবা হাঙ্গগদবা অমস্মুং হাঙ্গনিঙাইবু তাইশিন্নবা অমস্মুং খাইদোকপা অবায়না মৱক্তা লৈতুনা তাইশিন্নৱবা নত্রগা খাইদোকনৱবদি ৱা অতুবু পূনশিনবা ৱা কৌই। মাতুদিঃ— ৱাম অমস্মুং শ্যাম চৎকনি মফম অসিদা ৱাম চৎকনি অমস্মুং শ্যাম চৎকনি হাঙ্গবা ৱা অনি অসি পূনশিনখিবনি, ৱামস্মু হল্লকত্রে, ভৱতস্মু নিংথৌ ওইদ্রে অসিনচিংবা

## ৱা'হগী মৱী উৎপা।

ৱা অমগী মন্নুংদা লৈবা ৱাহৈ পুমনমক ব্যাকরণগী মতুং ইন্না অমগা অমগা মৱী থোকপা ঙাক্তনি। মৱী অসি পুথোকপা য়াত্রবদি ৱা অতুনা লানবা অমা, নত্রগা এথোইনা ৱা অতু খংদবা অমা অনি মসিগী মৱক্তা অমদি শোঙ্গদনা লৈবে। ক্রিয়া

অমগী কর্ত্তা অমা লৈবগুমনা কর্ত্তা অমগী ক্রিয়া অমা লৈতবা য়াদে। কর্ত্তা অমসুং ক্রিয়া অনি অসিগী মওং মতৌ অমসুং মতিক মগুণনচিংবা ফোংদোকনবা য়াওবা ৱাহৈশিং অদু অমগা অমগা মরী থোকনগদবা লৈয়ে। মরী অসি ব্যাকরণগী পথাপকী মতুংইন্না উৎপবু ৱাহৈগী মরী উৎপা কৌই। মখাগী অসিগী মতুংইন্না মরী অসি উৎকদবনি ঃ—

বিশেষ্য (১) মখল, (২) মশীং, (৩) লিঙ্গ, (৪) মী, (৫) কারক অমসুং না-পু। কর্ত্তানচিংবগীদি ক্রিয়া পুথোক্কনি।

সর্ব্বনাম—বিশেষ্যদা চংবমখৈ উৎকনি অদুগা করম্বা বিশেষ্যগী মহুত্তা শীজিন্নবা সর্ব্বনামনো তাকউ।

বিশেষণ—মখল, চাং, করি করিগুম্বদা লিঙ্গ, অমসুং করম্বা বিশেষ্যগী বিশেষ্যগনো ?

ক্রিয়া—মখল, সমাপিকা, অসমাপিকা, কর্ম্ম পনপা, পক্কবা পকলবদি কর্ম্ম উৎলু, সমাপিকা ওইরগা বর্ত্তা উৎলু।

ক্রিয়াবিশেষণ—করম্বা বিশেষন, ক্রিয়া, মত্রগা ক্রিয়া বিশেষণগী মগুণ উৎলিবা তাক্কদবনি।

অব্যয়—মখল, শমজিন্নবা ওইরগা বনা কনাবু শমজিন্নবা অমসুং খাই-দোকনবা ওইরগা কনা কনাবু খাইদোকনবা উৎলু।

ৱাতা (বাচ্য)।

মীতৈয়োনগী ৱা পুমনমক ৱাতা অনিথোকনা হাঙবা য়াই মাদুদি ঃ— কর্ত্তাগী ৱাহৈ, কর্ম্মগী ৱাহৈ। ৱা অমগী হাঙগদবা অদু কর্ত্তানা ফোংদোকলবদি কর্ত্তাগী ৱাতা কৌই অদুগা কর্ম্মনা ফোংদোকলবদি কর্ম্মগী ৱাতা কৌই। কর্ত্তাগী ৱাতাদদি ক্রিয়াসু

কর্ত্তাগী মতুং ইল্লি হাঙ্গৈবদি কর্ত্তাগী পুরুষ বচননচিংবা ওইগনি অদুগা কর্ম্মগী ৱাতাদদি ক্রিয়াসু কর্ম্মগী মতুং ইল্লি। লোল অসিদা পুরুষ অমসুং বচনগী মতুংইন্না ক্রিয়াগী মশক ওনবা অসি মফম পুমনমক্তা ওইদবনা খুদম অসিগী চপচাবা পংনা ফংদে অদুম ওইরনসু ন, কৈনা চাও, মা নংা হাংশনু অসিগুম্বা মফমদদি ক্রিয়াশিং অসিগী মওং মতৌ মশানা তশেং তশেং উংলে।

# পন্দুপ মাপলশুবা।

## ৱাহৈগী মরু থিবা।

তৌননবা হাঙ্গৈবগী অর্থদা মথাগী ধাতুশিং অসিদা ক হাপ্তুনা বিশেষ্য শেমই। মাদুদি,—চাননবা হাঙ্গৈবগী অর্থদা চা+ক চাক, অসুমনা ফম+ক ফক, মু+ক মুক, শুননবা হাঙ্গৈবগী অর্থদা শুক, পুননবা হাঙ্গৈবগী অর্থদা পুক থোকই। শাবকপা হাঙ্গৈবগী অর্থদা শা+ক শক।

খোবি হোৎননবা চ হাঙ্গৈবগী অর্থদা খোব+চৈ খোর্জৈ শাদগী (হুকচাং অমতদগী) থাইবা শাগৈ, শুপননবা ফি ফৈজুপ, ফি অচোনবা ফৈজোম, ফি নেক (যোমনবা) ফনেক, লিৎনবা ফি ফুরিৎ, খোবি (হোৎননবা) মপাক কোবাক, অয়াংবা কোকননবা - য়াঙ্কোক, শা অহন বণ, শা অকোনবা শগোল, য়েন (নাপী) অশংবা যেঙ্গাং, পুক খোম্ফম পুকথম, তেনা কোত্নুনা লৈফম হাঙ্গৈবদা তেঙ্গোং থোকই। জুগীগী চাক চুগজাক, লাইনা যেকপা হাঙ্গৈবদা লাইরিক, ৱান্নবা (চাননবা) ঈশিং হাপননবা ইৱাল, চাক

হাপননবা ফু চফু, চেক অকাইবা চেগাই, থাউ ( না থানবা ) মে থাউমৈ, নব্রগা থাংবা য়াবা মৈ থাংমৈ, ঙান্দুনা ( মহি য়াওদনা মৈদা শাহন্দুনা ) থকনবা ঙাস্থক, মু ( মীগী ) মমিৎ মুমিৎ, মু মপা মুপা, মু মপী মুপী, থমনাগী মপাল থম্বাল, হিদাক থকনবা ফু হিদাকফু, খোং লুমনবা খুকুম, খোং খাঙ্গংনবা খুগ্রাং, কবোগী হৈ কভোই, লৈ ( অপাম্বনা হেকপা য়াবা ) শারিবী লৈশাবী, মীগী লৈবাক মৱবাক, শোয়া ( ংয়া ) লাইখৈবিক্কী লেন ( মরু ) শোরারেল, মনিংতম্বা অথোবা নিংথৌ, য়াম্মা অথোবা য়ামথৌবা, খোরি পেকনা লৈবা কোর্বেক, লমদা ফাইবা লংফৈ, শুবা পল্লবা শুম্বন, কাংজৈ শানবা মতুম কাংক্রুম, পা ইবুংঙো পাবুং, ইমা অপোকপা ইমাবোক, মু ( মী ) হোবা মুহোংবা = লুহোংবা, খুৎ তৈনবা খুদৈ, কৈ ( পুকৈ ) থেন ( চুনা থম্বা ) কৈথেল, খুৎ ( না পাঙ্গতুনা ) চাইথনবা খুজাই, মুক হাপনবা ফু মুকফু অসিনচিংবা।

### ৱাহৈফম্বম অমসুং ৱাবেং ( Syntax. )

মীতৈয়োনগী ৱাহৈগী মথংমনাওদি তাবেৎশুবা না-পু-না মকোক্তা অতুদগী কত্তা মখাদা কম্ম, করণ. ক্রিয়াবিশেষণ অমসুং মতোন ইথংথংবদা ক্রিয়া যমই। ঐখোইগী ৱাহৈ ফম্বমগা বাঙ্গালাগী ৱাহৈ ফম্বমগা অনি অসিগী খেন্নবদি ঐখোইগী লোন্দা বিশেষণদি বিশেষ্যগী মখাদা ফম্বনা নম্মি অতুগা বাঙ্গালাদদি বিশেষণদি মথক্তা ফম্বনা নমই।

ৱারেং অসি মথল অনি থোকই। ঐখোইনা চুমনা ৱা ঙানবা মতমদা লোননবা ৱাতা অসিব ঐখোইনা হুজিক গদ্য হাঙ্গনা খংলে মাসিদদি ছন্দনচিংবা করিসু নাইদে। মাসি লেংবা মতমদা তাবা নুঙাইবা, লোনদৈ য়াওদবা লোনগী হৈনবী পথাপনচিংবা য়ামনা মুন্না য়েংগনি মখাদা গদ্যগী খুদম খরা পীরি।

"নোম্ববু তল্লবদি মহৈ হৈসন্থ, পাঙ্গল কনসন্থু, করিস্থু কান্নবা হাঙ্গৈবা লৈত্রে। কনাগুম্বা য়াইফৈ মুংঙাইরি অচৌবা কারি হাঙ্গৈরিবা অত্থু, মপুকনিংনা ওইরবস্থু. নোমত্থনবু ওইরবস্থু, অতংপা লৈতনা য়ামনা কন্না নোমখিবতনা অত্থু য়ৌখ্রিবনি। নোম্বা হাঙ্গৈবা অসি মাহাশাগী লংথোকপা য়াদ্রবা পথাপনি। নোম্বা মখল অনি শুই ; হকচাংনা নোম্বা, পুকনিংনা নোম্বা। মাসি ইনাক-খুনবা লাইরবা খ্বাইমক্তা চপমান্ননা চংই। নোমদ্রবদি মীগী মশা অসি তল্লক্কুনা ওন্থোক ওন্থোকপা অনাবা চংলকই। নোম্বা হাঙ্গৈবা অসি য়াইফত্থুনা অচৌবা কানবগী থোংহাংদোকপি, মরম অসিনা কনাগুম্বনা য়াঙ্গৈফত্থুনা অচৌবা কাগে হাঙ্গৈনা নিংলিবা অত্থু, কন্না নাম্ববু নত্তুনা তৌনিঙাই লৈতে।"

মতম অসিদা মুশা, মরেপকী মশাগা য়েংবদা মরেপনা ঙমতক তৌবা, কুচুনা পুলৈকুচু ঙাঙ্গ্রাবা, তিংদা য়াংদা য়েংবদা তেঞ্জেমরুম চুম্বা, শক্লা য়েংবদা চহি কুন্থ্রা শুবোই হাঙ্গৈনা নিংবা অমা, শগোল লানশা কাকুবা অবাম্বাই তেন্দোং হাপ্পা অমা তোংত্থুনা কাইদা কাইদা লাকই।

বান্দাগী অমস্থুং লমদমগী নিংথিজবা অসি উবগা থরাই ব্রারম্বা থোইনা হেঙ্গৎমাল্লে - থরাই ব্রাবিঙৈদা মপানগী মুঙাইরগা পুকনিং ব্রাবা থোইনা হেঙ্গৎপা অসি করিননো ?

ব্রারেং অমা পাবা মতমদা তান্নাইনা হাঙ্গৈবা য়াবা অত্থুবু শৈরেং (পদ Poetry), কৌই। মীতৈ শৈরেংদি বাঙ্গালাগুমনা ময়েক মশীং থীত্থুনা লেংদে, ইংরেজীগী মতৌগুমই হাঙ্গৈবা য়াই মাত্থুদি ইংরেজীদি ব্রাহৈ তাংফম থীত্থুনা লেংই মীতৈয়োনস্থু ব্রাহৈ তাংফম থীত্থুনা লেংগনি। খুলংইশৈ পেনানচিংবদা লোন অসিগী ছন্দ মখল মখল উবা ফংই, ঐখোইনা মফম অসিদা অবাইবা ছন্দ মখল অমা অনিদং হাঙ্গৈগে। শৈরেং অমস্থুং ব্রাখল অকুবা ব্রা লেংবা

মতমদা থাইনগী লোন অরিবা য়ামনা শীজিন্নৈ অমস্তুং মাসি য়াও-দ্রবদি শৈরেংদদি ছন্দ চাহনবস্তু লুই। য়ামনা চৎনবা ছন্দ অমদদি য়্যাহৈ তাংফম তরেৎ নত্রগা নিপান্না খোংফম অমা ওই। য়্যাহৈ তাংফম তরেৎকী মনুংদা মরিশুবা তাংফমদা লেপফম পীগনি হাঙ্গৈবদি তাংফম অ'ন অনি লৈবা য়্যাহৈ নত্রগা মরি লৈবা য়্যাহৈ অত্তুগী মতুংদা অহুম লৈবা য়্যাহৈ লাক্কনি। নিপান্না শাবা খোংফম ওইরগা মডা অহুম নত্রগা অনি অহুম অহুম লৈবা য়্যাহৈ ওইগনি। মীতৈনা শৈরেং অসিবু হেপলি কৌই। শৈরেং ইবা মতমদা অর্থ অমতা লৈবা য়্যাহৈ অনিরক থংনা থংনা হাঙ্গৈবদা নরিস্নু কাঙ্গৈবা লৈতে থোইনা যজবা হেল্লি মাত্নদি:—ঈশিং শিন্থু'র হাঙ্গৈদনা লাইজা ঈশিং শিন্থুরে হাঙ্গৈগনি।

খোংফম অমমমনা নত্রগা অনিনা খোংফম অমা ওইবনা নমই।

"লৈকুৎ লৈতোং তেমইব
অমং য়াইথোং হঙ্ববা,
শাগৈ নাতৈ চাউবগী থুবম য়্যাংনা কাবগী
তাইব মশেল চাউনবা লাইজা পোঙ্গোলগুম্বনি।"

ছন্দ মথল অমনা য়্যাহৈ তাংফম মবি. অনি. নত্রগা অহুম অহুমনা পদ অমা শাই, মাসিবু হেপলি থাংয়ৈ কৌই মাত্নদি--

শমোকতা পাউদম্বা.
শোংয়াইদা মংলিবা;

শৈরেং অমনা হেপলিগা হেপলি থাংয়ৈগা লেংমন্নত্নুনা হেপলি পাবোং কৌনা শীজিন্নৈ মাত্নদি—

পোকচবদি তম্পাকয়ুম,
চাউখিবনা পোন্নুং।

শৈরেংদা চংনবা রাহৈ অরাইবা খরদং মখাদা অর্থগা লোঈননা ইরি—পোম্বি—উচেক, চেকলা—উচেক, তর'—চাক কুমলাং—চহি, কোরৌ—নুমিৎ (নোংমা), কোয়েৌহনবা—নুমিৎ লাঙ্গোই—শগোল, শামু, তরেৎ—শেল, শিঙল—লৈ, লৈরাং—লৈ, হেনবা—ফজবা, লমলেন—লমদম, পারি—ইচানুপা, ইমোম—চানুপী পম্বৌ—ইপা, পলেম—ইমা, লাইজ—ঈশিং, ইমু—ঈ, নুজা—নুপীমচা শাবি—চান্নবা নুপা, থংলেন—মরা, খোয়ুম—লাই, কোরৌনুং—লাইরবাক, অমংয়াইথোং কুম্বা—শিবা, হৈরাং—হৈ, খাম্বি—মৈ, তয়ুম—মনাই, য়াইবি—থরাই, লেমলৈ—ঙা, মালংবা—নুংশিৎ অসিনচিংবা।

লাইরিক ইবা মতমদা চংনরোইদবা রারেম ইবা হৌনদে, রাহৈ অসিগী মথংদা অসি হাপলগা তাবা নুংঙাইগনি হাঈবা অদু মুন্না খন্দুনা হাপকনি অমস্থং মথক্তা কর্ত্রা কর্ম্মনচিংবগী ফম্বম থাখিবা অদু খক কাইহনফদে। রাহৈগী মথংমনাও লান্না লেংলবদি তাবদা ফজদবগী মতিক অর্থ লোৌবদসু নুংঙাইতে। রাহৈ খজিক্তুনা ভাব য়ামনা থোকপা য়ানা লেংবা তমগনি, অথ চনৈননা থমউ হাঈবসু নত্তে। ঐনা হাঈদোরিবা রা অদুদি মচাখাঈনা খংহনগনি। না-পু তাফম থোকপদা চিথহনফরোই লাইরিক ইবা মতমদা পেরেগ্রাফ খাঈনা খাঈনা ইগনি। হিরম অমতা পুবা রা পুমনমক পেরেগ্রাপ অমতদা লৈমিন্নগনি। অসিনা পেরেগ্রাপ অমদা রা অস্থুপ লৈগনি হাঈবা ককপা ঙমদে। হান্না হাঈগদবনা কোন্না হাঈবা কোন্না হাঈগদবনা হান্না হাঈরবসু অর্থ লোৌবা য়াদে মাদু মুন্না য়েংগদবা ওই। মরম অসিনা করিগুম্বা অমা ইরমদাইদা মাদু চাউরাক ওইনা অমুক্তং খন্দুনা য়েংগনি অদুদগী হিরম অসি অসি শোকনা ইগে হাঈবা অদু হান্ননা শীন্দোক্তুনা থমগনি শায়িবা অসিগী মতুংইন্না ইবসু হৌগনি; ঐখোইবু ঈশিংগী মরমদা করিগুম্বা অমা ইয়ু হাঈদুনা পীরবদি করি করি ইশিগে ঐখোইনা

চাউরাক শাবদা ( ১ ) ঈশিং অসি কবম্বা পোৎনো ( ২ ) মাসিনা বরি কান্নে,( ৩ ) মাসি লৈত্রগা করি কবি তৌই, ( ৪ ) কবম তৌরগা অমস্থু কদাইদগী মাসি ফৎউ, ( ৫ ) পুখ্রি পিকথন্না লৈবম্বা ঈশিং অদু লোইনা কংখিববু কদাইদা চৎখিবগে—ঈশিংগী মনিন ( ৬ ) বিজ্ঞান্না ঈশিংগী মবমদা কবি করি হাঙ্গ—হাইড্রো-জেন ওক্সিজেন তিন্নরগা ঈশি থোকই, থাইনদি তিন্নতুনা থোকপা পোৎ নত্তে হাঙ্গনবমঙ্গ ( ৭ ) মাসিগী থাঙ্গেশেংবা অককপা মওং লৈতে। অওম্বদগী অকুৎপদা চেন্থে করি মবমননো ? মহিলাংনা মপাংওইনা অমস্থুং মনিনওইনা লৈ. পুমনমক অসি থোকলে অতুনা মগম অসিদা হিরম অমমমগী ঐখোইনা খংবগীমথৈ ইগদবনি।

মখাদা ইবিবা ৱাহৈশিং অসি মাখোইগী মখাদা ইবিবা অচোপ্পা ৱাহৈশিংগী মহুত্তা শীজিন্নগনি।

| | |
|---|---|
| খোংহাম্বা, ঈকুজবা, মাংবা | থীফাইবা। |
| মীবোনবা | মপুক কবা। |
| মপান্থোকপা ঈশিংচৎপা | যুংহানবা। |
| মপুক চাউবা | থীবা লাউবা। |
| চিন যা শেংবা | যাথিনবা। |
| পুকহোনবা | তোঙ্গন থীফাইবা। |
| থবাক | খোম। |

য়েংগদবা—মথক্তা ইবিবা অচোপ গোপ্পবা ৱাহৈশি অসি থোগক্লোন নত্তে। লৈবাকমচা মবক্তা ঙাংনদবা ৱা হত্নি।

মীতৈরোন লেংবদা অর্থ অমতা থোকপা ৱাহৈ অনি হাপমিন্নবা অসি কদৌঙৈদস্থু তৌবা হোনদে। মাতুদি ।—ঙসি নিনি লৈবগা লাক্কে হাঙ্গদনা ঙসি নুমিং নিনি লৈবগা লাক্কেনচিংবা কনা কনাগুম্বনা ইনবা অতু অহেম্বদা ৱাহৈ য়ামহনবতনি। ৱাহৈ কনশিন্নবদি করিগুম্বদা হাপ্পস্থু যাওই মাতুদি ঙসি নুমিং নিনি শুরে।

হুজিক ঐখোইনা লোননরিবা মীতৈরোন অসিগা লোঈন লোঈননা থাঈনগী মীতৈরোন অরিবা অদুস্মু শরখরা খংনবা হোৎনবনা মতিক ওই লোন অসি হুজিক্কি চৎনদ্রবস্মু ঐখোইনা চৎনরিবা লোন অসি করম তৌদুনা থৈথরকপগে অমস্তুং নাপুনচিংবা বিভক্তি মখৈদি পাঙখক ওইবনা নমন্নবস্মু লোন অনি অসি খংনদবনা নম্বা অসি অঙকপগী মশক্নি। হুজিক্কী মীতৈরোন অসিনা শৈরেংনচিংবা লেংববুদি লোনঅরিবা অসিনা লেংবনা হেন্না তাবদা মেংই। অম-হিকস্তু লোন অসিদা ইবা লাইরিক হুজিক ফাওবা য়ামনা লৈন্নি। থাইনগী অরিবা পোৎচৈ খংনিংবা মীদদি লাইরিকশিং অসি অমমমনা মণি মতুম অমমমগুম্বনি অদুদা অপংবা অমস্তুং মহৈ হৈতবা মীগী মখুত্তা তাকুরবদি লাইরিকশিং অসিগী মতিক অমস্তুং মমল খংদবনা চহি খুদিংগী কয়া কয়া শূমনা চাদুনা অমস্তু ঈশিংদা পাদদুনা মালি মাসি মৈতৈ ঐখোইগী লাইবক থীবননি। অনৌবা মহৈ তাল্লুবা কাংবুনা শৈরেং কয়া লেংশংলে বাঙ্গালা-নচিংবগী ছন্দ তমদুনা অনৌ অনৌবা ছন্দ কয়া শেমদোকলে। অদুম অদুম ওইদুনস্মু থাইনগী লাইরিক অরিবশিং অসিদা ইরম্বা রাহৈ রাতা অদুগী মনাক্তা হুজিক ফাওবা লেপ্পা য়াখিরোইনিংই। নোংচুপলোমগী মহৈ তানখৎলিবা কাংবুনা মাসিস্মু য়াওনা হৈজিন্ন-বদি মণিপুরগী সাহিত্য অসি মতম খরতগী মন্নুংদা মপুংফাবা য়াই। মরম অদুনা লোন অসিগী নাতাপুদা য়েংনবা মখাদা খুদম খর হাপচরি।

( ১ ) হে হৌ হে হৌ—

হোংনেমলো হোংনেমশে।

লমজেনমদা হোংনেম্বা॥

মদাইমদা হোংনেম্বা।

কংলৈয়োনদা হোংনম্বা॥
পুংমায়োন্দা,
খোয়মথোবু লাইয়িংথোবু,
লাইরেন য়াইনা, ননোংয়াইনা,
লিকলাইরেননা, নিংথোরেন্না,
অহোংলেন।

( ২ ) হাইয়ৌ হয়া। হয়াসে হে ছে হে। হে ছুপ হে।
ঔগ্রি ও কোল্লো.
লমলেনমদা মাদাইমদা
কংলৈয়োন্দা পুংমায়োন্দা,
য়োইমা য়াইবু তাউদনববু
তাউয়োইনাইবু অঙানববু
মালেমথৈবু লাংজথৈবু,
সনাতোনবু খোম্মদোনবু.
থবীলেংবু শেঙ্গোইরেংবু।”
ঔগ্রি।

কলি হাকথক অসিগী।
পাপ লাইজা ঈরেন পুংগুম্বনা॥
অমম শ্রিফম্-নিকলবা॥
মাইকৈ নোংপোকলা পাংবারমদা
লৈরিবা।
থরাই নিংশা পানবা খৈবিকপু।
লানবিগে হাঙ্গবগী।
থোজান তৎনা থানদবগী।
পোইরৈ সনা পুংদা পোকলবা।
কাঞ্চিপুরেশ্বা। লৈমাবা।

লিকলাই ঐগী ইবুঙ্বু ওইরিবা
শ্রীশ্রীযুৎ জয়সিংহ মহারাজা নোইনাই কৌবা
চীংথংখোম্বা।
ভক্ত অবতার সংসংববু
পুকমজয়ক্কে।
নিংথৌ মতিক শৈগুলববু
মতৌ করম ওইরবনো ?
হাঙ্গৈরবদি।
পোইরৈ সনা মরৈবাকপু
বৈরি য়েকনবগী
সমুদ্র ঈবেন পুংদা
লুপলববু।
হয়িভৈগী কৃষ্ণ অবতার মশালওল
ববাহ অথোইবনা।
লাইজা ঈবেনন্নুংগী
থিংলৌ য়াতোননা
তাইবং নোংশাপানবু
লোখৎলুবগুম
পোইরৈ সনা মরৈবাকপু
লোখৎপিববা।
ধর্ম্ম লমচৎ মাংলবগী
অমম শোঙ্গি নিকনা য়াঙ্গোইরবশিংবু
নিংথৌ পুকনিং মহৌশা।
থৌজান ঈরেন পুংগুম্বনা।
য়োইময়াই তাউদনবগী
ন্নুমিৎ মতম মান্না

কনবিরিবা নিংথৌরেনবু
হন্না হন্না পুরুমজরকে।

বিরাট পর্ব্ব।

" লৈনু থোডাবেন অহনবনা
শাবী ও নংদি কবি পোংনো হাঙনা পাউহংডামএ
হোইদা ঐদি তাইবং পোংনে
হাঙনা পাউখুমখিএ ॥ "

পোইবৈতোন খুনথোকপা।

খোইমোম রঘুপতি
নামুংবদি।
মশানৌ লানফম শৈনাইবা
লক্ষ্মণ অকনববু।
ঙকথি লুমলাংবোন
খজাই লেংলোইচুপ।
পিবেম খকমা তা
মালেম লৈদা ওননা
মীকপখিএ।
শানৌ পলেম পীমাচাও
পোণ থরাই অমনা য়োইচান্নবা নংবু।
রাক্ষস হিংচাবা রাবণ সমু মখুবাক্তা
নোংমল্লবদি

অযোধ্যা ইপুংয়াইদা
চীঙু ইত্তোমমাবু
করম হলরাইখিশিবনো ?

লঙ্কাকাণ্ড।

লোইরবা